# কৌবরেল্ খুন্গুম্

মোইরাংথেম নরেন্দ্র

এম চন্দ্রসিং মেমোরিয়েল্ মনুস্ক্রিপ্ট লাইব্রেরি
খোংমেন, ইম্ফাল্

BY

**KOUBAREL KHUNGUM**

Southern expansion of Moirang Clan




*Published by*

**M. Chandrasing Memorial Manuscript Library**
Khongman, Imphal
Pin - 795 001



*1st Edition*

**February, 1996**

*Copy*

**1,000**

*Price*

**Rs. 40/-**

*Printed at*

**Padma Printers (Computerised)**
Paona Bazar, Imphal - 795 001

## Koubarel Khungum

*It is souther expansion of Moirang Clan. Moirang is in the south-west of Manipur Moirang was known as Ngangoi before Mori came in the territory Khuyols were the first settlers of Ngangoi. Moirang became the home land of Moris and their descendents thereafter known as the Moirang Clan.*

*According to Kangbarol a legendary history Urenhanba one of the sons of Kangba, King of Kanglei (Imphal), controlled Moirang He established a Kingdom in Moirang His 2nd son Ngangningsing became King of Moirang Thus Moirang Clan expanded in the south west of Manipur making a traditional alliance with Kanglei.*

---

# ৱামাঙ্ য়ান্ব

লাইরিক্সি মোইরাং ইতিহাসকি সক্ক্ অমনি। মোইবাং অনৌব সনাই মৈহৌবোলগিন অচৌব তাংকক্ অমনি। ৱাবী মপূঙ্‌ন চোথে থাংবাই পাখংবন সিগ্রবদ মোইবাংদ লয়বাক্ ঙাকৃপিনব লৈতবদগি কৌব অঙাঙ্ঙাবু কৌব্রন্দগি কৌরুব অমসুঙ্ মচা অনীন মোইবাংদ খুন্দাদুন লৈহওবগি ৱানি।

মোইরাংসি কংলযবোল্গি মতুং ইন্ন মোইবাং কৌবি, কেগে কৌবি হাযবগি ৱা পন্দে। লাই কনান লম্সি সেম্বনো হাযবসু তাক্তে। লযসেম্লোল্ অমসুঙ্ লয়থক্ লয়খাবোন্দদি ঙাংঙোই লৈবাম্বীগ চিৎনু লযমগন নোংচুপ্ লম্ য়েংখি হায়বগি ৱাফম্ অমদি লৈ। অদুসু ঙাংঙোই কৌৱিদি হাযদে। ঙাংঙোই লযবাম্বীগি লয়কপ্ লযফম্নি হাযবদমক্ তাকৃই। ৱোজাসিংনদি ঙাংঙোই লৈবাম্বীগি লযফম্ ৱোইবদগি ঙাংঙোই কৌবনি হায়বগী মোত্তি পী। অদুগিদমক্ মোইবাং নিংথৌবু ঙাংঙোই লাইনিংথৌ কৌবনি হায। লম্ অসিদ হান্ন খুন্দাব মীন খুযোন্ কাঙ্লুপ্নি। খুয়োনবু খুন্দা হান্ব হাযন সৈথাই। অদুসু লযবাক্কি মপু খুযোন্নি হাযদে। খুযোন্ কাঙ্লুপ্সি মৈহৌবোল্গি মতুং ইন্নদি মোইবাং অবিব খুৱাং সনাইদ চংখি।

লযবাক্ অসিদ লৈব নিংথৌবোল্গি ৱা যেংলবদি মপূঙ্ ৱোইব নিংথৌবোল্ অনী লৈ। নোংদা লাইবেল্ পাখংবদগি হৌব মযতৈ নিংথৌবোল্ অমগ ঙাংনিঙ্সিংদগি হৌব মোইবাং নিংথৌবোল্ অমগ অনী অসিনি। সনাই অনীমক্কি লয়সেম্লোল্ নোংসেম্লোল্, লাইবোল্, নিংথৌবোল্, মৈহৌবোল (পঞ্চ লক্ষ্না) লৈজে। মযতৈন ময়ত্রবাক্ হাযবদৌন মোইবাংসু মোইবাং লয়বাক্ হাযজে। অদুম্নদি ৱোইবগ নিংথৌবোল্ অনী অসিগি মমাংদ কন্না কন্না নিংথৌ পাল্লম্বগে হাযবদি সেংনে হাযদে। মযতৈগিদি পাখংবগি মথক্ত নিংথৌ ৮৪ পাল্লম্বগি ৱা অতৈ লাইবিক্ত ফংঙি। মোইবাংগিদি কাংববোল্ নক্তন অতৈদ ফংদে। নিংথৌবোল্ অনীমক্ত অহান্ব নিংথৌনি হাযবিব অনীসি য়াম্ন সাইন্তিফিক্ ৱোইদব মৱোঙ্দ

চিঙ্‌দগি নত্রগ নোংথক্তগি লাক্লগ হেক্ত নিংথৌ ৱোইরব ৱোইন উহল্লী।

মোইরাংসি তোঙানব নিংথৌ পান্‌ব লয়বাক্‌ অমদৌন উরবসু অরিব মযতৈ নিংথৌবোল্‌গি ৱা যেংবদদি ঙান্‌ব সনাইগি লম্‌ ৱোইন লৈ। মযতৈ মোইবাং খায়দোক্তে। নিংথৌন পোইবৈ নিংথৌ হন্‌ব ঙান্‌ব খাইফব, থোংঙাই তেম্‌ফব কৌরি। মোইবাংগিসু মোইবাং কংলযবোন্‌গি মতুং ইন্ন ঙান্‌ব খাইফব, থোংঙাই তেম্‌ফব পুঙ্‌নি হায়ন লৈ।

নিংথৌবোল্‌ মথং মথংগি ৱাদ ফংবন — "অহান্‌ব মঙাংন নিংথৌ ৱোইয়ে। অদু মতুং ঙান্‌বন নিংথৌ ৱোইযে। নিংথৌদি পোইবৈ নিংথৌ হন্‌ব, ঙান্‌ব খাইফব, থোংঙাই তেম্‌ফব কৌযে। মান তাংখুন্‌নে খাবনে অনীম ৱোইখিযে। মতুংদ কাংবন সিল্লে। মনা সাগৈ মাপল্‌ পুথোক্‌যে। মসিদি হযি চক্‌নে। মথং খুনুং চক্ত সাবাং লযসাংথেম্ন লেপ্‌লে। লাংব চক্তি নুৱাংন নিংথৌ ৱোই। অদুগি মতুংদ খুমন্ন সিল্লে। মথং কোন্ন চক্তি মোবিযা ফম্বাল-চা কৌন ফম্‌লে" = কাংববোল =

"হযি চক্তি মোবিযা ফম্বাল্‌-চা লয়ম উক্রম্‌ খাউচোন্‌বনী পাল্লে। মথং লাংব চক্ত লযম তান্‌নু নিংথৌ কাংবন লেপ্‌লে। মান সাগৈ মাপল্‌ চিংথোক্‌লম্মে। উরেল্‌ হন্‌বন মোইবাং পোক্‌য়ে। কিযাং ইংখোন্দ লৈবম্মে। লংবন মোইবাংগ লাংতেগ পোক্‌যে। চিঙ্‌ খুন্দ তাবে।" = লাই খুনদা =

মথক্কি ৱাসি য়েংলগদি মোইবাংদ ঙান্‌ব খাইফব, থোংঙাই তেম্‌ফবদগি কাংব ফাওবদি অপুন্‌ব লম্‌ ৱোইন উথলি। কংলয নিংথৌ ঙান্‌ব খাইফবগি চাদা নাওদাগি লম্‌ ৱোইন উৎলী। মোইবাং হাযব লম্‌ অসিসু উবেল্‌ হন্‌বন পুথোক্‌প ৱোইন পীবি। উবেল্‌ হন্‌বন মোইবাংদ খুন্‌ তাবব অসিদ মোইবাংন হাযনব — "খুযোনৱো লযথিন্‌গাই মোবিৱো লৈবাম্বী" হাযব অসিমক্রসু মোইবাংন লাক্লুন লৈবৈ হাযব তাক্‌ঈ। উবেল্‌ হন্‌বগি মপা মপুগি মতাংদ মখাগি মৈহৌবোল্‌ মতেক্‌ অম থম্‌জবি।

## উবেল্‌ হনবগি পাবী পুবী

(১) লয়ফুবেল্‌ চনুন — য়ুচেং
(২) লযচিক্‌লেল্‌ চনুন — য়ুকৌবেল্‌
(৩) লয়থম্‌লেল্‌ চনুন — খিংখিংলাংব

(৪) লয়নুং য়ুপুবোয চনুন — হেবু কংচিক্‌প, ঙাংচেং লয়্‌তক্‌প
(৫) লয়নুং য়ুনাওবোয় চনুন — উবেল্ হন্‌ব, উবেল্ খূব
(৬) লয়নুং য়ুচাখা চনু ঙাংসাবীন— ঙাংনিংসিং, ঙাংছন্‌থোক্

লম্‌দম্ অসিন মোইবাং কৌবদ অমদি মোইবাং খুন্দাবোল্‌গি বা নৈনরক্‌পদ খযোন্‌বু খুন্দা হান্‌ব হায়। মোইরাং সলাইন খুন্দাববুদি খুয়োন্ন হান্ন খুন্ তারম্বগি বা তাক্‌ই। উবেল্ হন্‌ব অমসুঙ্ লংবন মোইরাং পোক্রবদ (লোইচল্লবদ) মোইবাং কৌখিবগি মোতসু লৈ। মোইবাং কাঙলুপ্‌ন মপুঙ্ বোইন খুন্দাবগি, লৈবগি মোইবাং কৌখিবগি মোত কয়া বোজাসিংন পীরি। কেগে কৌবগি বাদি বোজসিংন মোত পীদে।

লাইরিক্ অসি পুথোক্‌চবগি মতাংদ মথক্তসু খব হায়জরে। মসি অঙাঙ্‌ঙান মোইবাং খুন্ কুম্ব হায়বদি নিংথৌ বোইব চৎপগি বানি। অসেংব কৌক্ৰ-লোল্‌নি। কৌব অঙাঙ্‌ঙান খুন্ কুম্ব অসিবু অযন "কৌববেল্ খুন্‌গুম্" হাযন মিংথোন্দুন পুথোক্‌চবতনি। মসিদ অকাযব অমদি অবান্‌ব লৈরম্ব য়ায়। মদু পুম্নমক্ মীয়াম্‌দ ঙাক্‌পীয়ু হায়ন খুরুম্‌জবি। অযন লাইবিক্ অসিবু পুথোক্‌চরুবগি পান্দমদি লযবাক্ অসিগি সাগৈ সাগৈদ নৈনবিব মৈহৌবোল্‌ন লাযবাক্ অসিগি ইতিহাসত কান্নব পীব অদুতবু মীয়াম্‌দ থম্‌জনিঙ্‌দুন তৌবনি। ময়তৈদি ইতিহাসকি বাখল্ চহী চা কয়াগি মমাংদগি লৈ হায়ব উৎচনিঙ্‌বদগিনি।

লাইরিক অসি পাবদ অরিব লোন্‌গি কন্‌থা কপ্পেনব, লৈ থাব মান্‌ব লোন্দা অদু নৈতনব কবু গ, লবু ব, চবু জ, তবু দ অমসুঙ্ পবু ব বোইন খোন্‌থোক্ থম্‌জবি। অতোপ্প বাফম্ অমন লাইবিক্ অসিগি বাহন্‌থোক্ পীরিব অসি পেন্দব কযা লৈবিগনি। অয়সু পেন্‌জদে। মবম্‌দি পোৎসক্ খঙ্‌দব অমদি মমিং খঙ্‌দবদগি, অরুম্ অয়াং খেন্নবদগি বাহনথোক্ খেন্নব লাক্‌প, থোইদোক্ হেন্দোক্‌ন চযজিংগি তাংকক্ কাযবদ বাপু মাঙ্‌ব কয়া থোক্‌ই। অদুগুম্ব কযা অদুন সাহিত্যগি বোইব বাহয বাতাগি ফজব কয়া অসিসু মাঙ্‌ডি। অদুগ পীজবিব বাহন্‌থোক্ অসিসু বাহযগি বাহন্‌থোক্ নৎচদে। বাবীগি পবিং য়েংদুন পীজব বাহন্‌থোক্‌নি। মসিন মচুম্‌লে হায়জদে। মথংদ চুম্‌থোক্‌চনব খুদোং চাব পীবিয়ু।

লাইবিক্ অসি পুথোক্‌পদ ইতেঙ্ পীবিবক্‌প (১) ইবেম্ম খুমন্‌লম্‌বম্

সোবোজিনি, ডিপুটি ডাইবেক্তব ষ্টেট আবকাইভস অমসুঙ্ সেল্গি মতেঙ্ পীব্বিবক্প ডাইবেক্তরেং ওফ আবকাইভস, গোভবনমেন্ত ওফ ইন্দিযা অমদি থবক্ অসি পাঙ্থোক্পদ অব্রাব থৌদাং কযা লওবিখিব পদ্ম প্রিন্টবস (কম্প্যুটবাইজ) গী মীপূম্ খুদিংদ তৌবিমন্ খঙ্ব উৎচবি।

নবেন্দ্র

# কৌবরেল্ খুন্গুম্

**অহানব মতাং**

কৌবরু অসুম্নবু খুরুম্নন ইজবক্কে। অঙাঙ্ঙা খুন্গুম্ লোন্দি নহাল্নোং হযি খুম্নুং লাংব চক্ঙইগি, কোবও নোংলৈত, মাম্লেম্ তম্পাক্ লয়বয়তবিঙইদ, তাইবঙ্ নোংসা পাল্ অসিবু অহিং নোংথিল্ অনীস্কু চেংলও সক্নাইদ, ময়খু নোংলোল্ কাগুম্ন, চেংলও মিংথোঙ্ মম্, অমম্ সিফা নিক্, বাইথুং ফম্বী ঙম্খই নাইদন, পান্দম্ মপা লাক্ঙম্দন পাল্লিঙইদ, খোইয়ুম্ লাইযিংথৌ, কোবও নোং লৈতবিঙইদ নোং হৌবক্প, মাম্লেম্ লইপাক্ লৈতবিঙইদ লইহ্ওব, তাইবঙ্ নোংসা পান্দ তবং চেংলও মিংপু লংন পাল্লিঙইগি পুঙ্ অসিবু চিঙ্লোল্ নুথোং পুনদি বাঙন্ব। (১) লাইখাব লাই-চেংন বাতেম্ব, মাম্লেম্ লয়থোন্ তরেংত নোংসাব, কৌবও নোংখন্ তরেংত নোংখাইব, চিঙ্ঙু নোংদম্ব মপুবেল্ নঙন মাম্লেম্ লয়কোই মপুঙ্ নাক্ন লয়সেম্লবগ, লাইজ তবং ঈপাক্ থক্তদি চোম্লাং খোঙ্নেৎ লোয়ন থান

---

কৌব্রনগি নিংথৌবু খুরুম্ন ইজবক্কে। অঙাঙ্ঙান চিঙ্দগি কুম্লক্কুন তম্দ খুন্দারবগি বাদি — মমাংঙৈ লাংব চক্ত তাইবঙ্দ কবিসু কবিসু লৈত্রিঙৈ, লয়হ্ও - নোংহ্ওত্রিঙৈদ, তাইবঙ পান্ব অসি অহিং নুংথিল্ খায়ত্রিঙৈদ, ময়খু কাবদৌন মম্লিঙৈদ, তাইবঙ্ অসিন অরেম্ন লৈত্রিঙৈদ, মাইকৈ থঙ্দন লৈবিঙৈদ তাইবঙ্ সেম্ব মপু নঙন লয়হ্ও- নোংহ্ওবিবক্প, মাম্লেম্ লৈত্রিঙৈদ মাম্লেম সেম্বীব, তাইবঙ্ পান্ অসিন অরেম্ন লৈত্রিঙৈ মম্ন লৈবিঙৈদ তাইবঙ্গি পোৎলুম্বু পুদুন লৈবীব। (১) লাই থিবিক্পু লাই বোইন অসিল্ অরাঙ্ বোইবীব, লয়রোল তরেংত সিন্-থুংন লৈবীব, নোংলোল্ তরেংত লৈবীব, তাইবঙ্ সেম্ব মপু নঙন তাইবঙ্ পান্ অসিবু মবোঙ-মমি য়াৎন ঈসিং মথক্ত, চোম্-লাংদ

চিঙ্লেল্ পালাং লাদ সনা খোংনাং লিং, পবিং লেপ্লও তিংন, উকাক্ মায়থোঙ্ য়াম, মাপ্রেম্ মপুঙ্ লাক্ন, চিঙ্ঙু নতোম্ য়োয়খোইববদ, চিঙ্ঙু নসাল্ বোন্, খোইমোম নতে হৈগি কোবও নোংমদোলগি, নুংনাং কাউখঙ্ কোল্দগি, সোঙ্লেল্ নোংফু মহমনুং নোংদগি, লইফু লুবেল্ চাংজও ঙম্খই নাইদবগি, থবাই য়াই নিংথৌ, তোংজোং সিদববু, মঙাল্ খাম্বী য়াই মরু, চিঙ্ঙু য়াইবেল্ববু থবাই মঙাইবোয, তোংজেং মহীসাংন কোইনবিব। (২) অহিং নোংথিল্ অনীমবু য়ুথক্, পুঙ্জা যয়, মপুঙ্ খঙ্ন যাই, অরুব যাইবেল্ পুঙ্গোই মহম্ নুংগি, চিঙ্ঙু নোংখোয়রেন্ন, সনা ঈবু ঈসোইদ, নমু পোংসক্সুঙ্ বোম্ন, মরোয় হাউবু ঙাইরোযনন, মইবুন্ হাইজাও থান্ন, চক্থাঙ্ য়াবউ ফান্ন, থোম্ব ইন্লুম্ খান্ন, খুল্পুল্ ঙম্থং চিঙ্মঙন্বু ঙম্থংনন, চিঙ্ঙু চাও চিঙযাব খাযন,চাউদুম্ চাও, সাংদুম্ সাংন থোক্লক্লবগি খোইমোম্ সনা মখোঙ্ খাদ বাইথুংলে হাযদববা। (৩) অসুম্ন বাইথুংলবগ চিঙ্ঙু মঙাইরোই, খোইমোম্ মহিসাং লাইনুবা মফেৎ লোই, লাই পাখং মঙাইরোয় পুম্নম তিম্নবদ কিকোৎ লোৎয়া থুপ্নদি সাযা মীবেল উহন্দন, সান্নব-তোইনবদ খোইমোম্ নৈংন তিন্বন অসাইঙইগি সোংলেল্ নোংফু মহম্ নোংদগি খুন্কুম্ লক্প চিঙ্ঙু লাই নামুংববু থিখঙ্দবে। (৪) খোইমোম্ থাঙ্বায় মারহল, লাইনিংথৌ খোইমোম্ বোংচা চিঙ্মাব অনীমন থিবসুঙ্ থিখঙ্দে।

---

খোঙ্ থাফম্/বোইদুন অকোক্প চিঙ্দ সনা খোংনাং থাদুন, পরিং থাদুন, চুপ্ পবেং লেংদুন ইবুংঙো নঙ্ নথন্তন মালেম্ অসি সেম্বব হোৎনববু লোইববদ ইবুংঙো নঙগি বোইনিঙবত বোইব সাইবোন্ বোইবগি, নোংদোল্ অবাংবদগি, লাইগি লৈফম্দগি, য়াম্ন মংব নোং মরক্তগি, অবাংব লাইগি বোইব ঙম্খৈ নাইদবদগি, থবাইগি মপু, লম্জিংবীব মান, মঙাল্গি মপু বোইবিব থবাইগি মপু, থবাই পান্বসিংন কোয়ন লৈরিব। (২) অহিং নুংথিল্ অনীবু পুঙ্সিঙ্ খায়ন তাকপিব, মতম্ পীব লাই অরুব নঙ্ন তাইবঙ্গি মনুংদগি, লাইগি মবীদগি, লাইগি ঈ মরী সোইদব, মীসক্তি বোন্ন মাগ লোয়নব মীসিংগ লোইনন, ময় ঙান্ন থান্দুন, খৃৎসু-খৃৎলাইন ঙাক্ সেন্দুন, পে মথোন্ নাইব খাল্ন, অচৌব চিঙ্গি চিঙ্য়ায় খায়ন, চাউন সাংন লাক্লদুন ইবুংঙো মাগি সনা মখোঙ্ খাদ থুংলবে।(৩) অসুম্ন থুংলবগ ইবুংঙো মাগি মনাই-মসল, লাই নুপা লাই নুপী পুম্নমক্ তিম্নদুন ইবুংঙো মাগি মরুম্ থুপ্ন লৈববদ, ইবুংঙো মাদি মীসক্ মীসা উহন্দন মীয়াম্ তিন্ব মরক্তগি ঙসাইগি অথাপ্প নোংথৌ লয়বাক্তগি কুমলক্প লাই অচৌব অদু থিব খঙ্খিদরে। (৪) লাই

লাই নুবা মফেৎলোই, লাই পাখং লেংন তিন্ব সিংগ খোইমোম্ থাঙ্বায় মাব হন্সুঙ্ যাউন কোযন কোয়ন থিবসুঙ্ থিখঙ্দবে। খোইমোম্ পুম্নমক্পু খোইনদি লুঙম্যে। অদু নোংগিবু অরাং কৌবরু অসুপ্পরো তৌন কৌবে হায়দববা। (৫) চিঙ্ছু মকাইফম্ খোইমোম্ ফম্বীবেল্ কৌব সনচিঙ্, চিঙ্লেল্ খুৎলাম্ খাম্, অমম্ লয়সা বোক্, থরাই অপক্ঙা পুম্নমবু নুঙ্বী মনা হুৎনদি পোল্যানব চিঙ্, লিক্লা উল্কোই চিঙ্, অহিং লিক্লা তাক্তবায়, নোংথিল্ লিক্লা কংদ রায়, মঙন্ তরং রাংব চিঙ্, চিঙ্লেল্ নাপোম্ যাম্ব চিঙ্, ঈবোক্ লাইচম্ তোযব, কৌব চিঙ্লেল্ নাপোম্ মদি মান্নং অযাঙ্বন খোঙ্হত্তফম্নে। (৬) চিঙ্লেল্ নাক্পক্ মদি খাম্বী ময়যই লিক্পু থোক্ন ফম্নে। চিঙ্লেল্ নাক্পক্ মদি লিক্লাই উজাও পোক্য়ে। ঈবোক্ লাইচম্ মদি তুবী অঙ্নব, লাইবেল্ অবেম্বন হাথফম্নে। (৭) নাপোম্ চিঙ্সা মদি চাবিক্ মপান্ থা, নোংথই মবু লিংব চিঙ্, ঈবোক্ লাইচম্ মদি লাংগোই মোইসা যা অপ্লববু পোক্নফম্নে। কৌব নাপোম্ মদি লিক্সং লিক্ঙাঙ্ পোক্ন ফম্নে। ঈবোক্ লাইচম্ মদি পান্ব থাকোক্প, কৈবেল্ নুংহক্প, কৈযাং সারোন্ থোক্, কাম্ব, কৈনিং থৌনচিংনদি নাওসোঙ্ ফম্নে। (৮) কৌব চিঙ্লেল্

---

মাবজিঙ্ অনসুঙ্ হান্ন লৈবম্ব লাই অনীন থিবদসু খঙ্খিদবে। লোইনবী লাই নুপীসিংনে, লাই পাখংসিংগ ইবুংঙো অরাংগি মপু মারজিঙ্সু য়াওন কোয়ন থিবদসু খঙ্দবে। লাই পুম্নমক্ য়াম্ন সুন খম্নবে। অদুগি অরাং কৌবরু অসুপ্ন হায়ন কৌবে। (৫) ইবুংঙো মাগি লৈফম্, লাইফম্ লেল্, কৌবরুগি চিঙ্, অহান্ব চিঙ্, মম্লিঙৈদ সেম্ব চিঙ্, থরাই পান্ব পুম্নক্পু খুন্দাহন্ব চিঙ্, লিক্লা তাব চিঙ্, অহিং লিক্লা তাক্তব মফম্, নুংথিল্দ লিক্লা কংদব মফম্, নোংদোন্ পক্ন রাংবে চিঙ্, নাপোম্ য়াম্ব চিঙ্ মতিক্ মঙল্ লৈন রাংবে চিঙ্, চিঙ্গি নাপোম্ য়াম্ব চিঙ্, লোক্ যাম্ব কৌবরুগি চিঙ্, নাপোম্ অমদি অকন্ব নুংসিৎকি হওফম্নে।(৬) চিঙ্মাই অমদি ময়য়ম্ নুঙ্ থোক্ফম্নে। চিঙ্মাই অমদি অফব উজাও হওব মফম্নে। লোক্ অমদি মতিক্ লৈব লাইরেল্ অচৌব পোক্ফম্নে।(৭) চিঙ্গি নাপোম্ চিঙ্মাই অমন চারিক্ হওব, নোংথই থোক্প চিঙ্নে। চিঙ্ অদুগি লোক্ অমন অচৌব ময়া পানব সামু পোক্ফম্নে। কৌবরু চিঙ্গি চিঙ্সা নাপোম্ অমদি লিক অসবে, অন্তাঙ্ব থোক্প মফম্নে। লোক্ অমদি কৈ অচৌব, অকিব যবে কৈ, কাম্ব কৈনিংথৌনচিবে পোক্ফম্নে।(৮) কৌবরুগি চিঙ্সা নাপোম্ অমদি উ অচৌব মতিঙ্ লৈব উ হওরে। লোক্সা অমদি লাইগিসু লাই মরক্, তাইবঙ্ মীগিসু মী মরক্, খুক্উ পান্দব,

নাপোম্ মদি তল্‌লা অগুন্‌ব, পামেল্ অরেম্ব তল্‌লা উজাও পোক্‌য়ে। ঈবোক্ লাইচম্ মদি খোইয়ম্ লাইনিংগিদি, খোইয়িম্‌গিদি লাই মবক্, নমু মীনিগিদি মী মবক্, খুকল্ হংনাইদবীগি, তবা লেপ্‌চান, লাইজ লেপ্‌য়োংন, খৌদু নুঙ্‌গাই নম্‌গানন য়াতাব, রাকাক্ কুয়োম্ লোংন তাবদ খুনান্ থোক্‌প, মী মবাম্ হংনাইদবগি সাংনফম্‌নে।(৯) কৌব চিঙ্‌সা নাপোম্ মদি হয়যিং মপান্ থা, হয়জাং মবু লিংয়ে। ঈবোক্ লাইচম্ মদি লীথিং কোল্‌ম খাব, লীরেল্ কোল্‌ম লিংব, চিঙ্‌লেল্ নাপোম্ মদি তাওজিঙ্ হযরুচিন্ লোল্‌যাম্বগ মোক্‌তোক্ হয়রাং চাল্‌গ তাওজিঙ্ অনীমক্ হয়বোন্‌নন পান্‌মনযে। ঈবোক্ লাইচম্ মদি সরোম্ সৌরাইতাঙ্ সম্‌ফাবীন হাকোক্-ফমনে। চিঙ্‌লেল্ নাপোম্ মদি তাওজিঙ্ হয়জুপেং হয়মাইপোম্‌সুঙ্ রোঙ্‌যে। (১০) কৌব লোক্‌সা মদি থিঙ্‌লও রোক্‌যা তাঙ্, মালেম্ লয়থোঙ্ রোক্, মমা লযনুং পীসিল্‌নু চা, মালেম্ লযথোঙ্ রোক্, রোক্ লাব খালোন্‌ব, থিঙ্‌লও কোংহন্‌ববু হাথফম্‌নে। কৌব নাপোম্ মদি তাওজিং হয়ঙাঙ্ সংগ পামেল্ হযবোং চাওগ পাল্‌মনৈযে। ঈবোক্ লাইচম্ মদি নুরোক্ পাইবঙ্, খুবিং খুবাই পোক্‌য়ে। (১১) কৌব নাপোম্ মদি খোইমোম্ লাই হযবীগ তাওজিঙ্ হয়য়াম্ ঈগ হওমল্‌নযে। ঈবোক্ লাইচম্ মদি খযবোয, য়ুপেং, খুবীং, তিংসিং, নাওসংগ পিথিং পীথাঙ্, হুইবিযা লাইখোং চাগ যাওন হাকোক্‌ফমনে। (১২) কৌব

---

চাক্ লেপ্‌ন চাব, ঈসিং লেপ্‌ন থক্‌প, নুঙ্‌গায মথক্ত হিম্ন, রাকুকাক্ অরোংবাদ নান্‌থুব, মী-মরাম্, খুকুউ পান্দবগি পোক্‌ফম্‌নে।(৯) কৌবরু চিঙ্‌গি চিঙ্‌সা নাপোম্ অমদি হয়িং পাম্বী হওবি, হয়চাঙ্ হওয়ে। লোক্ অমদি লীথিং লিবেম্ন কোন্ খাব মফম্‌নে। চিঙসা অমন হয়রু ঙাঙ্‌লৈনবগ মোক্‌তোক্ত পুম্ন পান্‌মিন্‌নৈয়ে। লোক্ অমন মরাইবক্ তাঙ্‌ব সরোম্ মসম্ সাংবন পোক্‌ফম্‌নে। চিঙ্‌সা নাপোম্ অমন হয়জাম্‌পেং মমাই পোম্‌বীসু হওরে।(১০) কৌবরু চিঙগি লোক্ অমন রোক্ ময়া থোক্‌প, লৈপাক্ হোৎপ, পীসিল্‌নুন রোইখিব রোক্কি মচা, রোক্ লাব, তোম্‌থিন্ চৎপ মনিঙ্‌ন কোম্ হন্‌বগি পোক্‌ফম্‌নে। কৌবরুগি চিঙ্‌সা নাপোম্ অমদি হয়ঙাঙ্ অসংবগ হয়বি হয়জাওগ পান্‌মিন্নৈয়ে। কৌবরু চিঙ্‌গি চিঙ্‌সা নাপোম্ অমদন নুরোক্ পাইবঙ্, খুবিং খুবাই হায়ব সাসিং পোক্‌য়ে।(১১) কৌবরুগি চিঙসা নাপোম্ অমদদি লাই হায়রিগ হয়জাংগ হওমিন্নৈ। লোক্ অমদি থয়রোয়, য়ুপেং, খুবিং খুবাই, তিংসিং নাওসংগ, পিথিং পীথাঙ্, হুইবিয়া লাইখোংক য়াওন পোক্‌ফম্‌নে।(১২) কৌবরু চিঙ্‌গি চিঙ্‌মাঙ্‌দ উ থম্বাল্, উ থম্‌চেৎসু

মসুমাঙ্দ তলা উ থম্বাল্সুঙ্, পামেল্ উ থম্চেৎসুঙ্ বোঙ্মনয়ে। মাইকয় খান পাংব লম্দ সেরাংখোঙ্ তেবাগ কাইবয় যেল্মিংনেব, সিঙ্লেল্ ইরুম্ লৈসুঙ্ পাল্মনযে। হাওবয় নোংচুপ্ লা পাংব লম্দ মৈয়ে লৈম্ন লোংচুম্ পাল্, পামেল্ সয়ি লৈগ পান্মনযে। (১৩) অবাং লাইনা পাংব লম্দ লুবাং সীমবিং নোংগাবী তাঙ্জ মসম্জিন পামেল উ কাবক্ত য়েপ্ন বোইখিব লৈ, কৌব চিঙ্লৈ সং, লৈসং তোম্রোংবগ, থোংনাং লম্কুব ললতা সিঙ্লেল্ অনীম খোঙ্লোল্নন, লৈবাং খোঙ্দিন্নন উকা খাঙ্তপ্ পাযনদি বোঙ্লিয়ে। হাওবয় নোংপোক্লা পাংব লাম্দ কাইনৌ সম্জিবৈগ, সীঙ্লেল্ কোবি লৈগ, সীঙ্লেল্ চোম্মু লৈসুঙ্ পামেল্ উতোন্ থক্তসুঙ্ বোঙ্মনযে। (১৪) নোংপোক্ চিঙ্থং লাং পাংব লম্দ পুখবি লাইজ ঈযোক্ কোম্, ময়ুং মবম্সুঙ্ চাম কুইব, মফই লম্সুঙ্ চাম পাক্পদ পুখবি লাইজ ঈযায লাংনেদি থম্বাল লৈবাং অহম্ সাৎলে। সীঙলেল্ লৈয়ায খায়ন থংকোং লাইজ ঈয়ায ঙান্ন খোইমু লৈয়ি থোইন লাইজ ঈফম্ হেক্য়ে। কাংঙ চেক্নিং থৌনদি চাক্তান, খাবা নাতুং চেক্ন খাবা মখোম্ পাইন ঈফু নম্যে। উফোঙ্ ঈরুপ্প থীনযে। তাওথবা চিন্গোই ঙা মুল্নযে। পোল্বী খোল্লোক্ন, চেক্লা খোল্দিন্নন য়াকানযে। লয্বায্ চাংদোল্ থক্ত তলা উনিংথৌ, পামেল্ নাচুম্বন লযবায় পল্কোযন্, সীঙ্লেল উবী লৈনদি পামেল্ খাঙ্দ য়েৎন লৈবাং উতোল্

---

হওমিম্নিয়ে। মখা থংব মাইকৈদ তেবা অঙাঙ্ব মপাল্গ, যেন্গি মমিং লওন মিংথোন্ব যেরুম্ লৈগ সাৎমিম্নিযে। মনিঙ্ থংব মাইকৈদন মবোং চুম্ব মেল্লৈ লৈম্নগ সয়ি লৈ হায়ব উবৈগ পুম্ন সাৎমিম্নৈ।(১৩) অবাং থংব মায়কৈবোম্দন লুবাং নিঙোন্ সীমবিং হায়বী চঙ্ন নোংগাখিবীগি মসম্ উ কাবক্ত য়েপ্লম্বন বোইখিব লৈ, লৈসং মতোল্ লোঙ্বগ মযাং লয়বাক্কি লম্কুব লৈগ লৈ অনীমক্ পুন্ন উ কাবক্ অমদ হওমিম্নবিযে। মমাং থংব মায়কৈদন পরেং বোইন সাৎপ সম্জিরৈগ চোমু লৈগ পুম্ন উতোন্ অমদ সাৎমিম্নৈ।(১৪) নোংপোক্ থংব ঈসিং কোম্ ময়ুংদ লম্ চাম সাংব, মফৈদসু লম্ চাম পাক্প ঈসিং ময়ায়দ ফজব হেল্হম্ন থম্বাল্ অহম্ সাৎলে। থম্বালগি মবক্ত ঙান্ থংগোংন লৈগি ময়ায় খায়ন খোইমুন লৈহী চুপ্পগুম্ ঈসিংদ সাম্নবিয়ে। উচেক্ নিংথৌ কাংঙন চাক্তাব মফম্, কাঙ্লুপ্ নাইব খাবান মাগি কাঙ্লুপ খোম্ন পাইদুন ঈসিংদ লুপ্তুন সাম্নেয়ে। উফোঙ্ন ঈরুপ্তুন থিনয়ে। তাওথারান মচিন্দ চিক্প ঙা মুম্নয়ে। উচেরু পুম্ন মখোল্ মাম্নন খোঙ্দুন লৈমিম্নেয়ে। লয়রাই মথক্তা উনিঙ্থৌ মনা চুম্বন কোয়ন হওবি। উবীলৈন উদ য়েৎুন

ঙান্, সীঙ্ঙেল্ লৈনম্নদি নুংবোন্ পুক্হুনন হেন্মোইনয়ে হায়দববা। (১৫) খোইমোম্ লাইকোল্ লেল্দদি ঙানু কোল্ম লিং, খুনু কোল্ম তই, লাংগোই মোইসায়া অঙৌববুসুঙ্ মবোযযে। সবোম্ থালাই তাঙ্বী সম্ফাবীনদি য়িম্ সঙ্নয়ে। চিঙ্লাই, তম্লাই, হংকোক্, নাবিল্, য়োক্লেল্, লাইবেল্, সদুং, সঙাই, নুবোক্-পাইবং, খুবিং খুবাই, য়োংমু য়োংসেল্, তোক্‌প কাম্ব, সায়ু লৈবাং, খইবোয়্ উপেং, তিল্সিং নাওসং অসি পুম্নমনদি চিঙ্ঙু সনা মখোঙ্ খাদদি য়াকৈনেয়ে। (১৬) চিঙ্য়াই হাওতম্ মাল্গ কোঙ্গোই নুংবোল্বীগ, তম্ফা খোল্নুং সিগ, কানম্ চিঙ্নিংথৌগ, মমোম্ কাংকৌ চিঙ্লয়মবীগ, নুবা কোন্বী হুল্লাল্বীন বোইখি চেক্, পোল্বী চিঙ্সারিক্ চিঙ্নিংনাং, নিংনাং সেরল্বী চাগ, চেক্লা খোন্দিন্‌ন চিঙ্ঙু সনা মখোঙ্ খাদি চিঙ্খোঙ্ য়াগ কৈনেযে। অদুসুঙ্ মদোমদে (১৭) মমা মফোংনুন পোক্‌পী, মপল্ কক্লেল্ সোংচিক্ নিংথৌন য়েন্বী, নোংয়াই থিঙ্বাইজম্ লযম, নিংথৌ খুৎসু চনু লয়ম কুচু কোইবীন নুসিল্ চেক্, লোকলৌ বাল্লেল্ লোক্‌পম্ চনু মহুইথৌ, অবাই লোক্‌পম চনু মহুই খঙ্, কোবও নোংলোল্ থক্ত খোংলবদি য়াংলয তাওব হুয়গি হুইখোং খোল্গুম্বব্ সংসং থোক্ন খোংখই চেক্, কোরও নোংসা বায়, লোইবী চিঙ্ কক্লেল্, কক্লেল্ সাগ মু, চেক্লা মখোঙ্ তাদি থবান্ লোঙ্জুম্ মাল্বন, মথাদি তুনুং লংদুম্ মাল্ব, মমই

---

লৈনম্ন পুক্নিঙ্ হুন ফজবিযে।(১৫) অথোইব লাইকোল্দ ঙানু খুনুগি মকোন্ লৈ। সামু অঙৌবসু লৈয়ে। মসম্ সাংব, মথা তাঙ্ব সবোম্ন য়ুম্ সংনৈয়ে। চিঙ্গি লাই, তম্গি লাই, হংকোক্, নাবিল্, য়োক্, লাইবেল্, সদুং, সঙাই, নুবোক্ পাইবং, খুবিং খুবাই, য়োংমু য়োংসেল, তোক্‌প কাম্ব, সায়ু লৈবাং, খইয়োয়, উপেং, তিল্সিং নাওসংনেচিংব লম্গি সা পুম্নমক্ল ইবুংঙো মাগি তুম্ব হৌদোক্নেয়ে।(১৬) চিঙ্য়ায়দ তাম্নাগি পুক্নিঙ্ হুব মখোল্গ কানম্ হায়ব চিঙ্ নিংথৌগি মচা নুপী মীন থবোইদবী কাংগৌন বোইখিব উচেক্, চিঙগি হারী নোংনোংগ মখোল্ নুংশিব তান্নদুন ইবুংঙো মাবু য়াকাইনৈয়ে। অদুনসু লোইদে।(১৭) মমা ইবেম্ম মফোঙ্নুন পোক্‌পী মপা ইবুংঙো কক্লেল্ (অমু কক্য়েল্) সোংচিক্ নিংথৌন পোক্‌পী, খুমন্ নিঙোল্ থিঙ্বাইজম্গি মৌ, নিংথৌ খুৎসুগি মচা, লয়ম কুচু কোইবীন বোইখিব নুপী সক্‌পী উচেক্, বাংলেল্বম্ নিংঙোল্গি মচা মসু, অরাইলোংবম্ চনুগি মচা মসুন বোইখিবনি হায়ন খঙ্নব, অবাবে মফম্দগি খোঙ্বদ হুইগি মখোল্ সংসং মান্ন খোবে উচেক্, নোংথক্ত পাইব চিঙ্গি অমু কাক্য়েল্, মসা মুব উচেক্, মখোঙ্ন সেক্‌পী

বায়র সেংগম্ তেথনৌ তোল্থাঙ্ মাল্ব, মকোক্ তাদি তাঙ্জ লিল্ লূ মান্ব, মচিন্ খৌবই য়োংকোন্ মান্ব, মমিৎ তম্ফা মিৎথিল্ ফব চেক্, কংলয় মসূ-মাঙ্গি থুম্নাও চঙ্ন বায়, য়েন্নাও পুম্ন চেল্, থাঙ্জী মিতম্ সেংন, মবেল্ হিংসোঙ্ সায়, মরাং হিংফোইনন চাক্তাব চেক্, লোইবী চিঙ্ ককলেল্, কক্লেল্ নোংসা বায়গ লবাং সিঙ্জা লুম্লেক্ তালবগি মরুম্বী সীমরিং নোংগাবীন বোইখি চেক্, তলা সীমরিং নান্দইব থোঙ্থিংন, পামেল্ উমরিং নান্দইব পল্বোইনন কৌব মচিঙ্ লেন্দ, পোল্বী অনী খোল্লোক্নন চেকলা খোলাদাম্নন চিঙ্খোঙ্ য়াহত্তনয়ে হায়দবরা। (১৮)

---

মখোঙ্ মান্ন পান্ব, মথাদি লংদুম্ মান্ব, মমইন কাব্রোঙ্ সেংগাম্নব, মচিন্ য়োং তোম্ন মান্ব, মকোক্তি লিল্গি মকোক্ মান্ব, মচিন্ন থবক্ সুনব য়োং অকোন্বগুম্ব, মমিৎন তম্ফা থিন্ব মান্ব উচেক্ন সুমাংদ লৈব য়েন্নাওবু চঙ্ন ফাদুন চেন্ব, মসা সেংন হিংন চাব, হিংন মতু ফোয়ন চাব, চিঙ্গি ককয়েল্ য়াঙ্ন পাইবগ লুবাবগি কোক্থোঙ্দ পুদুন সিঙ্ থিবগি লোয়নবী সীমবিং নোংগাবীন বোইখিব উচেক উ সিমবীং মনাম্ তাবন পল্ থিংনন কৌবরুগি লাইফম্ বোইব চিঙ্দ উচেক্ অনীন মখোল্ মান্নন, খোন্জেল্ নুংসিব তাম্দুন নোং ঙান্ব তাক্নৈয়ে।(১৮)

# অনীসুব তাংকক্

খোইমোম্ কৌবরু অসুপ্পবো, কৌব মচিঙ্লেল্ চিঙ্লেল্ মথোন্ তরেত্ত তেক্পী বোক্খু লোযন থেংঙম্দব, কাওবেল্ সলক্ লোযন কাঙ্মদব, সবী লাইতোংবন তান্ঙম্দব, মালং খক্সেক্পনদি কাঙম্দব, খম্গোন্ মথি নাইব, নুংসিং ঙাউঙৌবনদি তান্ঙম্দব চিঙ্দ বাঙন্ব। (১৯) চারিক্ মপান্ থাব, নোংথই মর্ নিংব, তুরেল্ লুখাইব, লাইজ ঈথাব, ঈমু খল্বোন্ব, ঈঙৌ চাংচিংব, কুম্ তরুক ঈথাব, বাও তরুক্ ঈবিবরো তৌন কৌযে। (২০) খোইমোম্ বুল তরুক্ ঈবিব, বাও তরুক্ ঈথাব লাইয়িংথৌদি য়োয়বু মসানৌ লয়ম লাইবোং লেম্বী মপল্ লাইবেল্ হুম্চাওবন পোক্পী, চিঙ্নুং খাবো লাইহাৎপীন যেন্বী, থৌদু নুঙথি সোল্বু চুনবী, নুঙ্নাং লইগ যাম্বী লয়ম লাইহল্নু,লাইচম্ থোংখোঙ্ সেম্ব, লওবী সেম্ব, সিঙ্খাঙ্ তাওব, নুরোক্ সঙ্সা মথেল্ তইব চনু, পুবোই লেম্নুসু লিন্গোইগি, অহও নুঙ্দোংচা লিল্লা হাওতম্ থীবু, অহোঙ্ লাল্লু তইবসুঙ্ চনুবু চেঙ্লুক্ লম্কোই সু,

---

লাইগি মসক্ বোইব কৌবরুগি নিংথৌ, অথোইব চিঙ্ মথোন্ তবেৎ বাংব, বোক্ন কাব ঙম্দব, সল্ সঙ্গুন কাব ঙম্দব, অতোংবেতদ লৈব সবীন য়ৌব ঙম্দব, নুংসিং অকল্লবন য়ৌদব, নুংসিং অঙাওবন য়ৌদব চিঙ্দ বায়েন্ থৌদা তৌবিব ইবুংঙো।(১৯) চাবিক্ পাম্বী থাব, নোংথই হওহন্ব, তুবেল্গি হওফম্ বোইব, ঈসিং পীবিব, তুবেলগি ঈসিংবু চাং নাইন পীবিব, থা থরুক্ ঈসিং পীবিব, নিংথম্থা থা তরুক্ ঈসিং লীদুন থম্ব হায়ন কৌব ইবুংঙো(২০) ইবুংঙো, নিংথম্থা থা তরুক্ ঈসিং লীব, কালেন্থা থা তরুক্ নোং চুহন্ব ইবুংঙো নঙ্গি বোইদ থৌগল্লিবী লয়ম লাইরোং লেম্বী, মপা ইবুংঙো মগুণ্ লৈবন পোক্পী, মমা ইবেম্ম লাইবু ঙম্বীন পোক্পী, নুঙ্গি মমিং থোন্বদ পকচবী, বাখল লৈবী, লয়মসিংগি মকোক্ বোইবী, লওখোঙ্ সেম্ব, লওরী সেম্ব, মীবোইবগি হওবক্ফম্ বোইবনি হায়ন সিঙ্থানবী, য়ুম কই যাম্ন লৈবগি মচানুপী, পুবোই লেম্নুসুন পোক্পী, অহল্ অমল্, মপা মপুগি লুক্চাও কৎপগি মচাবু চেঙ-চাক্, মপা চাব ঙা পুদুন, য়ু চফু মখল্

ঙাপা পৌদোং যাল্, য়ু খুম্লাগ তোপ্, হযকু পোৎতম্ সেম্ মল্লা মসিঙ্ সুনদি হৌইথিরে হায়দববা। (২১) খোইমোম্ মকাইফম্ অচিক্পবু,য়োয়বু ফম্বাল্ বোইরম্ থা, হাওচেং খোল্লোইগুম্ উন্বী পুকতিন্নন মান্নাং আতপ্পবু লেংতিল্নন, খম্গোল্ অহম্বু য়াতান্নন অসুম্ পাল্মন্নববদ অসাইঙইগি সোংলেল নোং, নোংফু মহম্ নোংগি ঙাইরোইনবক্প মরোয় হাওবসুঙ্ নিংথৌ কাংব চনুবু চেঙ্লুক্ লম্কোই সু, ঙাপা পাওতোং য়াল্, য়ু খুম্ লাগ য়েৎন, হয়কু পোৎতম্ সেম্ন মল্লা মসিঙ্ সুনদি হোইথিরবদ খোইমোম্ কৌবরু অসুপ্পদি কোল্লোই মমিং থোংবু কৌবরু অঙাঙ্ঙা কৌনদি লম্লেল্ মদাইম লোইবেল্ খুন্বী, খুন্বী নাসেঙ্ হওব, লোইবেল্ সনা পুঙ্, হেম্বা চোংদাল্ য়াল্, তখেন্ পুবোই মবম্ খই, লোইবী পাল্ফৌ চিঙ্, মালেম্ মীসিল্ পুঙ্, লাইজ ঈরুম্বী ঈরুম খুম্, খইমাল্ থক্ হয়ায় লোক্, খানিং তগুপ্ লোন্ব চিঙ্, লম্লেল্ খাঙ্লা ফাই, খুল্বী তোরো ফাইদ কোংলও লম্যেংগে, সাবল্ লম্তাকে, হয়বাঙ্ বাইচৎ হও, বাইনাই চৎনাইদন, পনম্ হেক্মায় কাগে হায়ঙইদ বোযনম্ নুবাবীন কম্বী ফুগ পই, লোলাং পাখংবন লেম্লই ঙাগ পইন পনম্ চৎথোক্লক্পদ তুবী য়োইনোংদাবু লম্রোক্নবে। হয়ি ঙইদদি তুবী য়োইনোংদাবুদি লয়নুং লোন্জা অবিবরো তৌন কৌয়ে।

---

নাইন পুদুন, হোয়থিজবে।(২১) ইবুংঙো মাগি অচিক্প লৈফম্দ, ফম্বালগি বোইদ ইবেন্ম মান লৈদুন চিঙ্গি খুনুওম্ন পুক্চেল্ তিন্নন, অহম্ব নুংসিৎত হকচিক্ লানে, লিরী সিংপ নুংসিত্ত পোৎথাদুন পান্মিন্নববদ হান্নদগি লোইনরক্প, নোংগি হওবক্ফম্দগি মরুপ্ বোইন লাক্মিন্নব হাওবসু নিংথৌ কাবেগি মচা মসু বোইবীবু চেঙ্-চাক্, ঙা, য়ু চফু, হয় মখল্ মসিঙ্ সুন পুদুন লুহোঙ্লবদ কৌবরুগি মমিংসি কৌবরু অঙাঙ্ঙা কৌরে। অথোইব লম্, মী তাব খুন্ পুন্নমক্কি মকোক্, অসেবে নাপী হওব, চিঙ্ পুন্নমক্তগি অথোইব চীঙ্, মী য়াম্না তাব মফম্, তখেন্ন মপু বোইব লম্গি ঙমখৈ, চিঙ্মীন তাব মফম্, মী মহৎ সিন্ন তাব মফম্, ঈসিংগি বোইব মফম্, ঈসিং তুঙ্ফম্, নাপী কুঙ্ন হওব মফম্, মীন তাব মফম্, মপা মমা খঙ্দব লম্জাসিনে লৈব মফম্দ লক্ য়েংগে মফম্ তাক্কে, খুন্ তাদুন নুংঙাইন লৈগে হায়দুন চৎথোয়ক্পদ বোইনম্ নুরাবীন চফু পইব, লোলাং পাখংবন ঙা পইববু তুবী য়োয়নোংদাবু রোক্লরে। মমাংঙৈ হয়ি চক্তদি তুপী য়োয়নোংদাববুদি লয়নুং লোন্জা অরিব কৌবি। লয়নুং লোন্জা অরিব চিঙ্দ লৈবন কৌব অঙাঙ্ঙা লম্ য়েংব, নঙ্ন লৈগদব মফম্ তাক্প চৎকন্নু হায়ন খাম্খি। বায়োং চাদব, মফম্ মবাং খঙ্দব লম্দ ময়াম্ কয়ন্ন

লয়নুং লোন্জা অরিব চিঙ্গয়া য়াইথিংবন কৌব অঙাঙ্ঙাবো কোংলও লম্খইগনো, সাবল্ লমতাক্কনো হয়রাঙ্ বাইচৎ হত্ত বাইনাই চৎনদন পনম্ করম্ হেক্ময় কাগে হায়বনো হায়ন তুবী মইন কোল্নদি থৌখাম্খিয়ে। অদুনোংগিবু অবাং ফাল্লও লাইমা কোল্বো তৌন কেয়ে।(২২)

খোইমোম্ কৌবরেল্ অঙাঙ্ঙাদি ফাল্লও লাইমা কোন্দগি অবাং মোংবী চিঙ্দাই লেল্বু ইন্দান্খিবে। চিঙ্দাইলোল্, সৌবোল্ পালোই কেল্ব চিঙ্, মঙন্ তরং বাংব চিঙ্, মীরাইমন কাঙমদব চিঙ্, পোংলাইমন তান্ঙম্দব চিঙ্, তেক্পী বোকুখু লোয়নদি থেংঙম্দব চিঙ্, কাউরেল্ সল্কু লোয়ন কাঙম্দব চিঙ্, সবী লাইতোংবন তান্ঙম্দব চিঙ্, চিব মইসাংবনদি কাঙম্দব চিঙ্দ, চিঙ্দদুম্ বাইথুংলবগ, অবাং মোংবী চিঙ্মঙন্দ ফম্ফম্লিঙইদ চিঙ্ঙু নিংথৌ সোবারেল্ অবাং পাখং য়োয়রেল্বন লাই পাখং মঙাইরোযদ বাহম্খিয়ে। লহাল্নোং নোংবাল্ লোল্ নোংমোইনু অহোঙ্বীবু মইদিংঙু হুই নহা যোযতোম্পোক্ত কাউজনখিববু মপারী য়োয়চিঙ্লেল্ তম্হৈবগ য়োইহৈতোন্ তাওথিং মাঙ্গ অনীমবু সাৎনয়ে। মমোম্ থিংকাবাবীগ ফুইমনবমুয়ে হায়দববা। কোবও অমরক্ সেলচংনে, বাংবেল্ অমবক্ পাইচংনসে। মমোম চইলয় লাইনুরা, বাঙম্ লাংহযমোম্ সাফবীবু লৈবিঙইনে হাযনদি পাচ নানমলু, সেন্কু থৌতিংলুবো, ইমচিন্ কাক্ফই থা, সুমায় উবোং খিল্লুবো হাযনদি থৌসিখিয়ে। খোইমোম্ লাইফংথৌ সিংন

---

চৎভুন লৈগদৌরিবনো হায়দুন নুংসিন, কোন্ন থাম্খি। অদুদগি মফম্ অদুবু অবাং ফাল্লও লাইম কোল্ হায়ন কৌনখি।(২২)

লাইগি মচা কৌবরেল্ অঙাঙ্ঙাদি ফাল্লও লাইম কোন্দগি অবাং মোংবী চিঙ্দ চৎখরে। চিঙ্লোল্ য়াম্ব, সৌবোল্ন চাক্তাব চিঙ্, মতিক্ মঙল্ লৈন নোংদোল্ পকুন বাংব চিঙ্, মী মরায় অমন কাব ঙম্দব চিঙ্, কবোন য়ৌব ঙম্দব চিঙ্, বোক্ সংগুন য়ৌব ঙম্দব চিঙ্, সল্ সংগুন কাব ঙম্দব চিঙ্, সবীন য়ৌদব চিঙ্, চুম্ মমই সাংবনসু কাব ঙম্দব চিঙ্দ থুংলবদ, অবাং মোংবী চিঙ্দ লৈবিঙেদ- লাইগি নিংথৌ সোরারেল্, অঙোম্গি নিংথৌন মাগি ফমথৌসিংদ হায়খিয়ে। মমাংঙে অঙোম্ নিঙোল্ নোংমোইনু অহোঙ্বাবু লাইগি মচা ময়তে নিংথৌ খুয়োয় তোম্পোক্ত থাজখিবদু মচা নুপা য়োয়চিঙ্লেল্ তম্হৈব (য়োয়মোংব) গ য়োয়হৈতোন তাও থিংমোঙ্গ অনী পোক্ই। মচা নুপী থিক্রোবীগ পোক্মিয়ে। হৌজিক অমুক্ হয় ইসেল্ ইবাই বোইনসে, নিংথৌগি মচানুপী জয়ম মসক্

কোরও নোংম দোল্দগি, নিংনাং কাউখঙ্ কোল্দগি মালেম্ তম্পাক্ লয়দ লাক্পদ ময়দিংঙু য়োইচিংলেল্ তম্হৈবদ পাওমেল্লয়ে।(২৩) চিঙ্ঙু নিংথৌ সোবারেল্ন হায়রক্য়ে। নমোম্ তম্ফা ৱাঙম্লোল্ সনা কোল্খাং মবোল্ য়াম্নীবু লৈরিঙইনে হায়ন পাচ থৌতিক্লুরো, সেল্কু নানম্ লুরো হায়ন থৌসিরক্য়ে। অসুম্ন পাওমেল্ খোল্গি য়োয়চিঙ্লেল্ তমহইবন য়াবেল্ খোংজি মতাই কাঙ্নদি পাওখুম্লক্য়ে। ইমোম্ চইরয় খোম্মতোল্ ৱাংগোল্ লাই নুবা অতোম্বীবু, মেল্নু সাফবীবু লৈয়ে। অয় কাউজনগে। লহাল্নোং ইপল্ পলেম্ ইমা নোংবাল্লোল্ নোংমোইনু অহোঙ্বীবু কাউজনরক্ঙইগি কাওরেল্ মল্সিঙ্ মবু ৱাংহল্লোই। চিঙ্ঙু নোংথৌ সোবারেল্বুদুম্ কোবও নুমিৎ মঙানিদবু তালোই তুয়িল্ তম্ন লংমাই তেংনা ইম্কাবো। ইমোম্ মেল্নু নিঙ্থীবীবু মরাল্ নুহোঙ্ খোঙ্দোংবীগে হায়নদি পাওমেল্লুরো। অসুম্ন পাওখম ৱাগি খোইমোম্ লাইফংথৌসিংন থিঙ্লও নিঙ্ন তেন কোরও মথোঙ্জিন্বু হল্ৱাহাখরে। ৱাংবল্ মবাক্চিন্দ ৱাইথুংলরে হায়দববা।(২৪) চিঙ্ঙু নোংথৌ সোবারেল্রো খোইয়ম্ সনা নযাথংবু তাংজ লূদ থোংন, তাইবঙ্ কাউজ চংলূবদি লাইরেল্ য়োয়চিঙ্লেল্ তম্হইবন

---

মতৌ ফজবীবু লৈরম্খিগনি। মাবু মৌ বোইনব হায়জরু হায়খি। মীন পোং কংলব থিলু, হায়জরে হায়ব খঙ্নব, মীন হায়দনব তৌরু হায়ন থৌদাখি। লাইগি ফম্থৌসিংন অবাংব চিঙ্দগি, হন্গনি হায়ব কাওব নুংঙাইরব মফম্দগি তম্পাক্ত লাক্পদ ময়তে নিংথৌ য়োয়মোংবদ হায়রৈয়ে।(২৩) লাইগি নিংথৌ সোবারেল্ন হায়রক্ই। নচা নুপী, নিংথৌন পোক্পী, ফিরোল য়াম্না সেংপীবু লৌবিগনি মাবু হায়জরু, হায়জবগি পোং পীরু, ৱা হায়নরু হায়ন থৌদারক্লি। অসুম্ন হায়বসি তারবদ য়োয়মোংবন নোক্ন, হয়াউন খুম্লক্খিয়ে। ইচা নুপী অতোম্বী, চাবোক্ ৱাঙোন্ লিংদুন পোক্পী, নিংথৌগি মচা নুপী মেনু সক্হেন্বীবু লৈ। অয় থাজগে। মমাঙদ ইমা ইবেম্ম, অঙোম্ নিংঙোল্, নোংমোইনু অহোঙ্বীবু থাজরক্পদ উম্নক্প সল্ মসিঙ্ অমত্ত ৱাংহল্লোই। লাইগি নিংথৌ সোরারেল্দুম্ নুমিৎ মঙানিদংবু নুপী ময়ুম্দ লৈদুন য়াবোঙ্ ইল্লো। ইচা নুপী মেনু নিঙ্থীবীবু নুহোঙ্বীদুন নয়ুম্দ থিন্বীগে হায়ন পাও তম্লু হায়বীরে। পাওতাক্ অদু ফংবদগি লাইগি ফম্থৌসিং লাইগি নিংথৌ সোরারেল্গি মফম্দ হল্খরে। লাইফম্দ থুংখরে।(২৪) লাইগি নিংথৌ সোরারেল্, ইবুংঙো নঙ্গি নয়াথংবু ইকোক্ থোনে ময়তৈগি লম্দ মৌ হায়ব চংলূবদি অথোইব নিংথৌ য়োয়চিঙ্লেল্ তম্হৈবন (য়োয়মোংবন) মমোম্

পাওখুম্লক্য়ে। ইমোম্ মেল্নু সাফবীবু লৈয়ে। চিঙ্‌ঙু নঙোন্দ কাউজনগে। পলেম্ ইমা নোংমোইনু অহোঙ্‌বীবু কাউজলক্‌ঙইগিবু কাওসিঙ্ মল্সিঙ্ মবু বাৎহল্লোইয়ে। কোরও নুমিৎ মঙানি সুরবগ চিঙ্‌ঙু নঙ্‌বু তালোই তুয়িল্হল্লো, লংমাই তেংনা ইম্কাক্লবো। নরাল্ নুহোঙ্ খোঙ্‌দোংবীগে হায়ন হায়রক্য়ে। অসুম্ন পাওমেন্নবদ চিঙ্‌ঙু নোংথৌ সোরারেল্দি পুক্নিঙ্ হবাও খোইনদি বাহম্লক্য়ে। খোইমোম্ ইঙাইরোয় পুন্নমবো কোরও নোংবুম্ মঙানি সুববদ তালোই তুয়িল্ তম্গে, লংমাই তেংনা ইম্কাগে হায়ন ঙাইখাম্খিয়ে। কোবও নুমিৎ মঙানি সুরবদ লাই পাখং লেংনে তিল্, লাই নুরা পুম্ন হুপ্নে চেঙ্‌লুক্ লম্কোয় সু, ঙাপা পাওতোং য়াল্, য়ু খুম্লাগ তোপ্, খারী খোম্গ হাল্, খুম্লোং নাকৃথং লোল্, হয়কু পোংতম্ সেম্, মল্লা মসিঙ্ সুন কৌরও মখোঙ্‌জিন্দগি নেম্থরক্লে হায়দবরা।(২৫)

ময়দিংঙু য়োয়চিঙ্‌লেল্ তম্হৈবদি মমোম্ মেল্নুবু সাসম্নন লৈবেল্ লৈজাও পু, লাংমই পুঙ্‌লেল্ চিল্, সম্মই সম্দোল্ য়োম্, সম্জি-হুক্ তুংথান, থবাক্ ঙইথোম্নন ঙাইখাম্মে। চিঙ্‌ঙু নোংথৌ সোবাবেল্সুঙ্ কংলয় পুঙ্মযোন্দ বাইথুংলবে। খুবাই বায়বংব য়াগ হয়, বাংখৈ তাইদুব পোংবই হয়, মমা য়াংনু কজেং ফাবীচা তাওচিঙ্ হয়খোল্ লম্, হয়বাঙ্ য়োযখোল্লে। যোযচিঙ্‌লেল্ তম্হৈব মেল্নু

---

মেনু সক্হেন্বীবু লৈ হায়বক্লে। লাইগি নিংথৌ নঙোন্দ থাজগে হায়বক্লে। ইমা ইবেম্ম নোংমোইনু অহোঙবীবু লুহোঙ্‌ঙৈদ উন্খিব সল্ মসিঙ্ অমঙবু বাৎহল্লোই হায়রক্লে। নুমিৎ মঙানি সুরগ লাইগি নিংথৌ নঙ্‌বু নুপী ময়ুম্দ লৈয়ো, য়াবোঙ্ ইম্নরাও হায়রক্ই। অসুম্ন হঙ্গংলবদ লাইগি নিংথৌ সোরাবেন্দি মপুকনিঙ্ হয়াউরদুন হায়রক্ই। অয়গি লোইয়িন্ খম্য়িন পুম্নমক্পু নুমিৎ মঙানি সুবগ নুপী ময়ুমদ চৎকে য়ারোঙ্ ইনগে হায়ন খঙ্হন্খি। নুমিৎ মঙানি সুববদ লাই নুপা, লাই নুপী পুন্নমক্ হুপ্নে চেঙ্ লুবাক্ মসিঙ্ সুন, ঙা, য়ু চফু মখল্ সুন হাপ্তুন, চফু পাবোং সেম্ন, হয় মখল্গি ময়োম্ সেম্দুন, হায়জবগি পোং মসিঙ্ সুন পুদুন লাইগি নিংথৌ সোরারেল্ন ময়তৈ লয়বাক্ত লাক্লে।(২৫)

ময়তৈ নিংথৌ য়োয়চিঙ্‌লেল তম্হৈবদি মমোম্ মেনুবু সাসিন্নদুন কোক্ত লৈ চিন্দুন, লাংমই মতু থেক্লুন, সম্ মতোল্ পুন্দুন, তুংগি সম্দ, লুতুংদ লৈতেং তৌদুন, থাবাক্ত যিন লৈতেং তৌদুন ঙাইরে। লাইগি নিংথৌ সোয়ারেলসু কংলাদ থুংলরে। খুয়াইগি য়ায়তোং খমদোংব অঙম্বন তিন্নে, বাংখৈগি অঙম্ব বাতেম্ব হৈবন বাতেম্ফম্দ ফম্লে, য়ানু য়ায়বম্গি কজেং ফাবীগি মচান হায় কৎলে। য়োয়চিঙ্‌লেল্ তম্হৈব মেনু সাবীন লাইগি

লৈসান্বদি চিঙ্ভু নিংথৌ সোবারেল্গি সমু বোইরম্ থানদি মরাল্ লুহোঙ্
খোঙ্দোঙ্লক্লে। তাঙ্জব মরম্খই, মচন্ মেল্নু থোং, খিক্লোয় কাংসা থোংবু
থোংলেল্ পাল্ফই লান্বদ ময়দিংঙু য়োয়চিঙ্লেল্ তমহৈবদি মরৌ লৌগ হৈন
থোংলেল্ খুয়োন্ থা, লাইজ ঈদদুম্ তাবে হায়দন অদু নোংগিবু তাঙ্জ মরম্খে,
মচন্ মেন্নু থোংবো তৌন কৌয়ে।(২৬) য়োয়চিঙ্লেল্ তম্হৈবদি মালেম্ নিন্ব,
খোংলেল্ লয়য়াৎপ নিগিন লাইজ ইবোয়নন লোইবেল্ খুন্বী লোক্ত সাফোংলরে
হাযদবরা। অসাইনোংগি চিঙ্ভু নোংথৌ সোবাবেল্দি উন্বী পুক্নিঙ্ ঙক্ন মিংয়েং
সান্খইরিঙইদ যোয়চিঙ্লেল্ তমহৈবগি কোক্লেল্ লাংমই মরু থেংন লাইজ
ঈবোল্ নুংদগি তাওখৎলক্পবু চেংলও মিংথিংলে। অদু নোংগিবু তুরেল্ লাংমই
পুঙ্বো তৌন কৌয়ে। খোইয়ুম্ পাইম উন্গোই নুংদ নিঙ্খন্খিয়ে। য়োয়চিঙ্লেল্
তমহৈব মহাক্ন মেল্নু সাসিল্নববু বোইবে হায়ন সাল্খঙ্লবগি চিঙ্ভু য়াইবী
কন্হও নিক্ন বাতা থীখিয়ে। (২৭) অৱাং পাখং য়োয়বেল্বদি কোরও
মথোঙ্জিন্দদুম্ বাইথুংলূববগ ময়দিংঙু য়োযচিঙ্লেল্ তম্হৈবন মমোম মমোম্
মেল্নু লৈতববু কবিগি সেল্নু লৈ হায়সিন্নবনো। চিঙ্ভু অয়বু তাংসক্তে হায়বগি
কোরও খোংদুম্ খোং, রাংবল্ লাওদুম্ লাওন লোইজিঙ্ ঈমু লয়রুম্ সী, কোরও

---

নিংথৌ সোরারেল্গি বোই থংন ফম্দুন লুহোঙ্লে। লম্ অমগ লম্ অমগ তাইনফম্গি
ঙম্খে বোইব মচন মেনুগি থোং, খিক্লোই অকংবন সাব থোংবু লান্বদ ময়তে নিংথৌ
য়োয়চিঙ্লেল্ তম্হৈবদি মবৌ তৌদুন হৈন সিংন পাখৈ থাদোক্নুন ঈসিংদ তাবে। মখুৎ
থাদোক্নুন ঈশিংদ তারে হায়বদগি মতম্ অদুদগি তাঙ্জব মরম্খে, মচন্ মেনু থোং হায়ন
কৌরে।(২৬) য়োয়চিঙ্লেল্ তম্হৈবদি লৈপাক্ হৎপ, খোং তত্তবনিন ঈসিংগ লোয়নন,
ইরোয়দুন লোইবেল্ খুন্বী লোক্ত ফাওগৎলুরে। হাম লৈহৌরিব লাইগি নিংথৌ
সোরারেল্দি মপুক্নিঙ্দ ঙক্ন য়েংলিঙেদ য়োয়চিঙ্লেল্ তম্হৈবগি মকোক্ত থেংপ
লাংমই মতুন ঈসিং মনুংদগি তাওখৎলক্প অদুবু উরে। মতু তাওখৎলক্প উব
অদুগিদমক্ তুরেল লাংমই পুঙ্ হায়ন কৌরে। অঙোম্ নিংথৌ সোবাবেল্ন মপুক্নিঙ্দ
খন্খিয়ে। য়োয়চিঙ্লেল্ তম্হৈবন মেনু সাসিন্নববু বোইবে। সাসিন্নবনি হায়ব খঙ্লবগি
অঙোম্ নিংথৌ সোয়াবেল্ন য়াম্না সাওন চৈখি।(২৭) নিংথৌ সোয়ারেল্দি অৱাংব চিঙ্,
ময়ুম্দ থুংলববদ ময়তে নিংথৌ য়োয়চিঙ্লেল্ তম্হৈবন মচা নুপী মেনু লৈতববু
করিগি মেনু লৈ হায়সিন্নবনো। নিংথৌ অয়গি ইতিক্ খঙ্দে, অয়বু থবোইদে হায়বগি

চিন্দুম্ চিন্, বাংবল্ লাওদুম্ লাওন নুমিৎ থোঙ্লোল্ লুমন অমম্ সিফা নিকুন অমম্ তোম্ব নাল্লল্ সীন লাংহয় কুম্বুম মঙাগি নোংলেল্ চাইজি মবাঙ্ হওন বাংবেল্ লেল্হয় ঈমায় সী, কোবও খাক্তম্ খাক্, বাংবল্ লাওদুম্ লাওন চিঙ্লেল্ লয়কিন্ থবওম্ন কোবও নুমিৎ মঙানিবু অহিং চয়বেপ্তন, নোংথিল্ পোংথাদন চাইজি মরাঙ্ হওনদি নোংলেল্ মখোঙ্ ফুইন চুববগি দমকপু লয়রক্ সিন্সু মরিল্ থল্লন, খোংবল্ নাওদু মবিল্ সি, সাবল্ য়াঙ্বী মনম্ থুম্, লাইজ ঈবাঙ্ থামই লোয়ন চুবন, ঈসিং তম্লেল্ চাওবন লাইজ ঈরেল্ পুঙ্নদি মালেম্ তাইবঙ্ পালবু লাইজ ঈন বাংলবগি তাইবঙ্ মী নমু পোংন চিংব, য়াওরও সা, পোলবী উচেক্, তীল্বী লুনাইদব, বাহী-মুন্, ককচেং-খোইয়া, লযরুম্ নোংলুম্ পুম্নমবু ঈমু খৌহক্পন থবাই য়োয়য়োয়ফম্বু লৈতবেদ। য়োযচিঙ্লেল্ তম্হৈবদি লাইজ ঈরোল্ নুংদদুম্ লেম্লয় ঙা মোংবওম্ মোংন মোংন অবাং মোংবী চিঙ্দাইরেম্বু ইন্দাল্লক্লে। অদুগিবু লাইরেল্ ঙাঙ্ঙোয় য়োয়মোংব কৌয়ে।(২৮)

ঙাঙ্ঙোই য়োয়মোংবদি অবাং মোংবী চিঙ্দাইরেম্বু, খোইমোম্ লাইবুঙ্ থোলবু ইন্দান্থিববদ খোইয়িম্ কৌবরেল্ অঙাঙ্ঙাগ মরুম্বী লয়ম লাইবোঙ্ লেম্বীগ লম্রোক্নরে। অদুনোংগিবু লম্রোক্রো কৌরে। লাইরেল্ ঙাঙ্ঙোই

---

নোং খোংহন্দুন, নোংথক্ত খাক-লাওদুন মনিঙ্গি চিঙ্বু নোং অমুবন কুপ্হন্দুন, নোংথক্ত নোং মংদুন, খাক্-লাওদুন, নুমিৎ মসক্ উহন্দদুন, অমম্বন কুপ্তুন, চহী মঙা চঙন চুগদব নোংগি মরাঙ্ হওন আতিয়াবু নোংন কুপ্ন খাক্-লাওন, চিঙ্ নিঙ্খাইবওম্ন নুমিৎ মঙানি অহিং নুংথিল্ লেপ্তন নোংখোঙ্ কুঙ্ন চুরবগিদমক্ লৈরক্ অহোব ঈসিংন থম্ন, খোংবোন্ মচাসিং ঈসিংন থম্ন, সোরোক্তি লম্বী থুম্নব, ঈসিং চাওনব, অরেপ্ অথম্ লৈতন চুবন, ঈসিং চাওবন, ঈসিংন তম্পাক্ অপুম্ব থুম্লবগি তাইবঙ্ মীনচিংব, সা-উচেক্, তিল্-কাঙ্, ককচেঙ্-খোইয়া, তিনথোক্, বাহী-মুন্ পুম্নমক্ ঈরাক্রববগি থবাইন লয়তাফম্ খঙদরে। য়োয়চিঙ্লেল্ তম্হৈবদি ঈসিং মনুংদ ঙান মোংবওম্, মোংদুন, লুপ্ফেং লুপ্ফেং তৌদুন অবাং মোংবী চিঙ্লোম্দ লাক্লে। অদুগিদমক্ লাইরেল্ হাঙ্ঙোই য়োয়মোংব কৌরে।(২৮)

ঙাঙ্ঙোই য়োয়মোংবদি অবাং মোংবী চিঙ্দ, লাইন থোন্ব ফজব চিঙ্দ য়ৌরবদ লাইবোইব কৌরুগি নিংথৌ অঙাঙ্ঙাগ মাগি লয়ম লাইরোঙ্ লেম্বীগ থেংনরে। অদুগিদমক্ মফম্ অদুবু লম্রোক্ কৌরে। ময়তে নিংথৌ ঙাঙ্ঙোই য়োয়মোংব নঙদি

য়োয়মোংবরো নঙ্‌দি কদৌব য়াংলয় নকাইফম্, খুন্‌ফম্ নখুনেৎ, লোইবেল্ খুন্‌বী লোক্‌পু নম্‌দ হুলন অবাং মোংবী চিঙ্, চিঙ্‌মঙন্ অসিবু করিগি ইন্দাল্‌লক্‌পনো হায়ন পাওহংঙম্মে। হুই কৌব অঙাঙ্‌ঙাবো চিঙ্‌ঙু নোংথৌ সোবাবেল্‌দ মমোম্ মেলনু লৈতববু মেলনু লৈয়ে চিন্‌হায়গিবু অবাং পাখং য়োয়রেল্‌বন চিঙ্‌ঙু য়াইবী কন্‌হও নিকন লাংহয় কুন্থুম্ তরুক্‌পু কোরও নুমিৎ মঙানিদবু নোংলেল্ মখোঙ্ ফুইন চুহল্লে। য়াওরয় ইকাইফম্ লোইরেল্ খুন্‌বী লোক্‌পু লাইজ ঈনদি ঙম্‌লবগি মোঙ্‌বী চিঙ্‌মঙন্ অসিবু কাবক্‌য়ে হায়ন পাওখুম্ববু না তাবব বাগি অবাং কৌব মপু নিংথৌন পাওখুম্ লক্‌য়ে। থিঙ্‌লও মপিতোল্‌ব, বাংবল্ মঙাওববু অয় থৌখাম্‌গে হায়ন পান্‌ব কৈগুম্ থৌন য়াঙম্মে। অদু নোংগিবু কৈরেল্‌ব খুল্‌রো কৌয়ে। (২৯) খোইযিম্ কৌব অঙাঙ্‌ঙান ঙাংলেল্ ঙাংজাও মপান্ য়ান্‌ন নমু পোংথৌ থী, কাওবেল্ সল্‌থৌথী, পান্‌ব কৈথৌ থী, তেক্‌পী বোক্‌থৌ থী, কাইবই য়েন্‌থৌ থী, য়াংলৈ তাওব হুইথৌ থী পুন্নমক্ অসিবু কখী মইগ খুববগি মইখু নোংলোল্ কাবন কোবও নোংথোং থিং, নুমিৎ থোঙ্‌লেল্ লুম্‌লবগি অবাং পাখং য়োয়বেল্‌বন চিংন খোইয়ম্ লাইরুপ্ পুন্নমদি চেংলও মমিৎ থুপন, তাঙ্‌জ কোকঈ কা, পাইম নুংসৎ ঙম্‌দ, থবাই নিল্‌মাঙ্‌নন, মিপাই কোক্‌ঈ কাববু লাল্‌নংলবগি, খোইয়িম্ কোবও চয়খাক্‌প, বাংব নিংথৌ লীহৈবন বাহম্‌লক্‌য়ে। হে কৌব অঙাঙ্‌ঙাবো, ঙাংলেল্

---

কবিগি নঙ্গি নচা ননাইসিং, নবম্ লোইরেল্ খুন্‌বী লোক্‌পু থনম্‌দুন অবাং মোংবী চিঙ্, অবাংব চিঙ্ অসিদবু করিগি লাক্‌পনো হায়ন হংখিয়ে। মচা ইবুংঙো কৌব অঙাঙ্‌ঙা, অঙোম্ নিংথৌ সোবারেন্দ ইচা নুপী মেনু লৈতববু লৈ হায়রুবগি লাইগি নিংথৌ সোরারেন্ন সাওদুন কুম্ তরুক্তি নোংবু নুমিৎ মঙানিদ নোংখোঙ্ কুহন চুহল্লে। য়াওরয় অয়খোয়গি লৈফম্, লোইরেল্ খুন্‌বী লোক্তি ঈসিং চাওবদগি মোংবি চিঙ্ অবাংব অসিদ কাবক্‌পনি। বাহৈসি তাববদ কৌব্রুগি নিংথৌন খুম্‌লক্‌য়ে। মপুক্ পিক্‌প, অসাওব সোরারেল্‌বু অয় খাম্‌গে হায়ন কৈগুন্ন থৌন য়াখিয়ে। অদুগি কৈরেল্‌ব খুল্ হায়ন কৌখি।(২৯) লাই বোইরব অঙাঙ্‌ঙান ঙাংলেল্ ঙাংজাও (ঙাং) পাখী য়ান্নগ মী মথী, সল মথী, কৈ মথী, বোক্ মথী, য়েন্ মথী, হুই মথী পুন্নমক্ অসিবু পাখীদ হাপ্‌তুন ময় থাদুন ময়খুবু নোংথক্ত কাহল্লে। অকাব ময়খুন নুমিৎ মঙান্ থিংলবদ নোংগি মখোঙ্ থিনে নুমিৎ মঙাল্ মম্‌হল্লবদ সোরারেন্নচিবব লাই পুন্নমক্তি মমিৎ থুপ্‌লে, মকোক্ ঙাওরে, নুংসা সোর হোন্‌ব ঙম্‌দদুন থবাই মাঙ্‌গদরা হায়ন মীপাইদুন অবাব নক্লবগি লাইগি নিংথৌ অকন্নব, লীসু তেন্‌সু

ঙাংপান্ য়ান্নে, কম্বী মইগ খুবগনো, চিঙ্ঙু অয়সুঙ্ বাংব থিংলও নিক্প চইবৎলগে হায়নে পাওমেল্লবগি কোরও মপি তোল্নে বাংব থীঙ্লও নিক্পবু পান সল্নে কাখিয়ে। পাখুল্বো থোল্নয়ে। চিন্নে মংন কাখিয়ে হায়বগিবু চিল্বরো কৌয়ে। চিঙ্নে লেম্নে কাখিয়ে হায়বগি চিঙ্দাইরো কৌয়ে। হুপ্নে হান হওখিয়ে হায়বগি লুহুপ্পন তাঙ্নে খাইন উরে। সদাংরো তৌন কৌয়ে হায়দবরা। কোবও মপি তোল্ব, বাংব থীঙ্লও ঈনিক্পবু থৌথাম্ নিংথৌ, চিঙ্ঙু ঙাংলেল্ ঙাংচাওবরো কৌরে।(৩০) খোইয়িম্ ঙাংলেল্ ঙাঙ্জাওবদি অবাং থাঙ্বাই নোংসাখম্দবু য়োয়মযায় লাইরেল্ তাওদলব তাওবোইনাই অঙান্ববু, নোংপোক্ থাগি নহা সাফব, পল্লেম্ মমা কোবও নোংবু খোল্বী মালেম্ লয়বু লুম্বীবু পায়ম লিল্গোইগি নোংপোক্ তওরিং লয়ম চাবু কোঙয়াঙ্ খাবা সা, মৌবী ফোপ্চঙ্ য়য়ন, উনিঙ্ থাগোয় য়াল্নে, তাওজিং হয়রী চিন্ অসিন্বগ, লেম্লয তুপ্তব, বান্চেং কিন্দবগ য়োয়ময়ায় লাইরেল্ তাওদল্ববু বাংলয় য়ুকৌবম্য়ে। অদুনোংগিবু ঙাপাং থাঙ্বাই নোংসা খম্, য়াংফৌ চাবিক্ পোক্, ঙাংলেল্ তোংহল্ চিঙ্, সেন্জাও নম্পোক্ চিঙ্, লাইবেল্ নুমিৎ পুঙ্বো তৌন কৌযে হায়দবরা।(৩১) খোইয়ম কৌববেল্ অঙাঙ্ঙাদি য়োয়ময়ায় লাইরেল্ তাওদল্ববু বাংলয় য়ু-কৌরম্লবগ থিঙ্লও নিঙ্নে তেন কৌব মচিঙ্ লেন্দবু হল্বাইখিরে।

---

হৈক্ন হায়রকয়ে। হে কৌক্রগি মচা অঙাঙ্ঙা ঙাং মনাগি ময়খু খুহন্নগনু নিংথৌ অয়সু সাওব তোক্লগে হায়দুন মপুক্নিঙ্ নুংঙাইতব সোরারেম্ন পাক্ক সন্নে কাখরে। পাখুন্ হায়ন থোম্নয়ে। লমচিন্ থান কাখি হায়বগি চিল্ব কৌয়ে। চিঙ্-লেম্ন কাখি হায়বগি চিঙ্দাই কৌবি। পুম্নমক্ হুপ্নে তহা তহান কাখিব অদু লুহন্নন থজিক্তং মচেৎ বোইন উরে হায়বগি সদাং হায়ন কৌয়ে। মপুক্ নুংসিন সাওবব নিংথৌ সোরারেল্বু থাম্ব নিংথৌ ঙাংলেল্ ঙাংচাওব কৌরে।(৩০) নিংথৌ ঙাংলেল্ চাংচাওবদি থাঙ্বাই নোং থাম্ব মফম্দ তাইবঙ্ মপু মতম্ পুম্বদ ঙান্দুনত লৈব, নহাত বোইব ইবুংঙো, মমা ইবেন্ম তাইবঙ্গি মমা বোইবী, অমাম্ব পুম্নমক্তগি হেন্ন লুম্বীগি মবুক্থোক্কি মচাবু বাগি থারা (তাংবল্) সাদুন মৌবী বান ফোপ্ হাদুন, তেংকোংত য়েন্সাং মথেল্ সেম্ন, হায়বী অসিন্বগ ঙা সেম্দব পুম্নে থোবে মথেল্গ নুমিৎপু চাক্ কৎলে। অদুগিদমক্ ঙাপাং থাঙ্বাই নোংসাখম্, য়াংফৌ চারিক্ পোক্, ঙাংলেল্ তোংহল্ চিঙ্, সেন্জাও নম্পোক্ চিঙ্, লাইবেল্ নুমিৎ পুঙ্ কৌরে।(৩১) কৌবরেল্ অঙাঙ্ঙাদি নুমিৎপু চাক্ কৎলম্লগ মাগি হায়গি লৈকম্ কৌক্র চিঙ্দ হন্থরে।

চিঙ্ঙু মকাইফম্ খোইমোম্ ফম্বীবেল্ কৌব সনা চিঙ্, হীগোক্ কুম্বাল্ থোংগুম্, কুম্চেং কৌরি কাফব, চিঙ্লেল্ নৌন হেন্ব, মাল্লং সোক্-সোক্পন য়োঁঙম্দব, খম্গোল্ ঙাওঙাওবন চঙ্ঙম্দব চিঙ্দদুম্ য়োয়মাব মসানৌ লয়ম লাইরোক্ লেম্বীবু সম্ বোইবম্ থানদি পাল্মন্নববদ হাউচেং খোল্লোই লৈগুম্ মচেঙ্ হকুম বোই, পুক্নিঙ্ লীতিন্নন হবাউ তোইদও বাগি য়োয়বু ঈকোক্ মচু থাউন, কুমচিং পরই থোক্নবে। অবাং কোবও নোংমদোল্দগি তুবী তাঙ্জ লুবেল্ তোল্দ হাথ নাওয়োক্ য়াই, লাংবল্ তওস্ন তওরিক্ লাইবু ঈমু মচেঙ্ খোম্ন যোযবু হয়বাঙ্ মচা যাল্, তাওজিঙ্ মরূ পল্লবগি অবোন্ বোল্লাং সাওববগি হুমাং লযবিক্ কা, চবই হক্ত থোংনিঙ্দ, মাল্লং অচিক্ থেম্, তিঙ্নাও যাঙ্লী নোপ্, সিংলী পাফল্ উ, হকচাং ময়েং তা, কুচু মসক্ মোৎ, খৌবী ঙক্কোই চেং, তিল্লাং লয়রুম্ চু, সাবেল্ বোংলওন, য়াওবা নৈমই চোন্লক্লবগি তাওজিঙ্ হয চানিঙ্ব চযবেপ্ত, লোইবী মালেম্ থৌবয চিঙ্ লযপাক্পু তবা চাবোইন, কোবও নুমিৎ সিঙ্বুম্ চহম্নি, লোযদাম্ থাবুম্ তবা সুন, মনোং নোংসিঙ্ সুববগি খোইজি নুংয়া যেক্, চাবোন্ নুংযা সাও, উরা হুম্বু পায, তওবাং ফক্চা বোন্ন কোরও নুমিৎ চয়জেন্দ, থাবা লাল্নংদবদ খোইযিম্ মপাবীবু নাওনৌবে।(৩২) কোরও নোংবুম্ মঙানিবু থাম্বী মইনিঙ্ হিপ্লবগ তাইবঙ্ হওন য়েল্লাং চাল্,

---

ইবুংঙো মাগি নৈফম্, লাইগি বোইব অথোইব মফম্ কৌব্র, সনাগি চিঙ্, নুংঙাইবগি তুঙ্নফম্ বোইব, পুকনিঙ্ নুংঙাইব মফম্, ইনৌত নৌন ফজব, নুংসিৎ অকন্বন য়ৌব ঙম্দব, নোংলৈ নুংসিৎ অঙাওবন চঙ্ব ঙম্দব চিঙ্দ অহান্ব লয়ম বোইবী লাইরোক লেম্বীবু লয়ম বোইন নৈমিন্নরবদ নৈথোক্ অমত্তদ সাংমিনন্নব নৈন মরু চঙ্বগুম্, পুক্নিঙ্ তিন্নন হয়াউন নৈমিন্নরবগি ইবেম্ম লয়মদি তাইবঙ্ মপুদগি পীরক্প তাইবঙ্ য়াইবু ফংলেবদ লাংবন্ থাগি তওন মসা তাসিন্ন মপোপ্ চাওবগুম্ মীয়োম্নবগি বোল্লাং বোন্সাওনরে। মসাদি ফি থোংনিদরে। হক্চিক্ লাংনিঙ্লে। তিঙ্লী-য়াঙ্লী সোন্নদুন, সিংলী উরে। মসা ময়াং কংলে। কুচু থোক্তরে। খৌরী চেংলে। তিন্ চুয্লে। মসা চোক্থন হের মপান্ থেক্রবগি হয় চানিঙ্ব লেপ্তরে। চেন্নবাক্পু চাক্ বোইন চারে। নুমিৎ চহম্নি, থাবুম্ তরা সুন, নুমিৎ মসিঙ্ সুরবগি পুক্, চনিং য়েক্লে, চাবোল্ নাওরোম্নবগি পুক্ য়েক্তুন উখোঙ্ কোম্লুন, ফক্ত য়োন্দুন, হিপ্তুন থাবান্ অনী পান্দব, নুমিৎ-থা সান ফংদব (গ্রহন্ তৌদব) নুমিত্ত মচা নিপাবু পোক্লে।(৩২) নুমিৎ মঙানি মইনিঙ্ কুম্লে। তাইবঙ্গি বোইব য়েন্সাং লযু, য়েন্দেম, থুম্ মোরোক্, ঙথা মইতাঙ্বীবু চফুদ থোংদুন চারে। খোইরেন্বী,

খোংবাল্ চাম্লও লাথা কোই, লাতাবেঙ্ নম্ঙৌব, কক্লু লুহ্লেন্বগ, লেম্লয় ঙাখা ঙারাংবী চাগ বাল্লেল্ নিঙ্গোই বোৎন, নাওকল্ খোয়রেল্ চঙ্বীদ অমাই তাংয়িন্ থোক্লে। নাওবা কোলোই মমিংথোংসু মপা মিংবু মিংনবে। কৌব য়োয়থোক্চাও, খোইনাই অহন্‌ব কৌরে। কোন্ন মসানৌ খোইনাই ইম্থংবসু সাৎনরে। কৌব ঈ মরু মদাইমদ ইকোক্থোং য়ায়মব, ইরু লৌথিব, হাওরম্ অতোন্‌ব অহম্মসু ফুইনরে। মরোয় হাওব লৌসিংবসুং মরুম্বী নিংথৌ কাংব চনুবু লুম্ন বাগি মপারী মখোম্ব অহল্‌বগ তোবা অতোম্বগ সাৎনবে হায়দবরা।(৩৩)

অসাইঙইগি খোইয়ুম্, মপারী খোইনাই অহন্‌ব, খোইনাই ইম্থংব, ইকোক্থোং য়াইমব, ইরু লৌথিব, নওরুম্তোল্ অতোল্‌ব মঙাম্ন লিবাই মদাইম ইরিল্ লাইজ মরুদ তলা হোয্য়ান্‌ব, পামেল্ হোইথিবদ তুবী অঙন্‌ব, লাইরেল্ অরেম্ববু লম্বোক্নববগি ইরু লৌথিবন থাঙ্লেল্ মখুৎ সুন চয়বীবে। মসাবী খোইনাই অহন্‌বন পাওমেল্খিয়ে। সানৌ লাংলেল্ অতোন্‌বরো নঙ্দি তুবী তুপ্তুম্ তুপ্ন লাইবেল্ খাইদুম্ খাইন থাঙ্জি য়াতোই লেল্ন, সারেল্ লাইতোই যাৎন বানচেং নিঙ্গোই বোৎঙম্রো। নসাবী ঈখোয মরিদি ঈরোক্ লাইচম্ লান্ন, চিঙ্সাঙ্ নাপোম্ পৈতুপ্ সম্ন পামেল্ উ থিরুগে হায়নদি পাওমেল্লম্নলবগ মসাবী নওরুম্তোল্ অতোল্‌বন ফম্বী খাংপোক্ ইতাই সঙ্দ মতোম্ নিঙ্খন্খিয়ে।(৩৪) ইসাবী কোল্লোই ময়াংথংগিবু চফু তিল্লাং সৌ,

---

চাবোক্পী মাইবীদ তাংয়িন্ (দক্ষিনা) তৌরে। অঙাঙ্গি মমিংসু মপাগি মমিং মতুং ইন্ন থোন্নে। কৌব য়োয়থোক্চাউ খোইনাই অহন্‌ব কৌরে। কোম্ন পোক্প মনাওন খোইনাই ইম্থংব কৌরে। কৌরুগি ঈসিং হওরক্ফম্ তুরেল্ মরুদ ইকোক্থোং য়ায়মব, ইরু লৌথিব, হাওরম্ অতোন্‌ব অহম্মক্সু পোক্লে। ম্যাগি তুং ইন্ব অসিংব হাওবসু নিংথৌ কাংবগি মচা মসু রোইবীন মখোম্বগ তোরাগ পোক্লে।(৩৩)

কৌব অঙাঙ্ঙাগি মচা নুপা খোইনাই অহন্‌ব, খোইনাই ইম্থংব, ইকোক্থোং য়ায়মব, ইরু লৌথিব, নওরুম্তোল্ অতোল্‌ব মঙামক্ন ইরিল্ মরুদ উ য়ান্‌ব, উ থিব চৎপদ মতিক্ মঙন্ লৈরব লাইরেল্ অচৌব অম থেংনরে। ইরু লৌথিবন মখুত্ত পায়ব থাঙ্ন য়ান্থংলে। ময়াম্ব খোইনাই অহন্‌বন হায়খিয়ে। ইনাওতোন অতোন্‌ব নঙ্দি লাইরেল্ অসি সেম্দুন, মতুপ্ মতুপ্ কক্তুন থাঙ্জি সেম্দুন থোংলম্মু। নয়াম্ব অয়খোয় মরিদি লোক্-তায় লান্ন, চিঙ্সি সম্দুন উ থিরুগে হায়খি। মনাও অতোন্‌ব নওরুম্তোল্ অতোন্‌বন পোৎথাফম্ সঙ্ অদুদ খন্খিয়ে।(৩৪) ইয়াম্বগি য়াথং ইন্ন চাক্ থোংলগে হায়ববু

ঈন্বাল্ খোয়দও বোংলগে হায়ববু যোয়্মযায় অঙাল্ তাওদল্ববু মিরেল্ চেপ্নে লয়ন সাম্ব পাওতোং লোন্দবি, থাঙ্জি উহি্ পাথোঙ্ল, সারেল্ য়াই নম্লগনে হায়ন ঙাইখাম্লিঙইদ তুবী তাপ্লোয় মরুম্বীন চিঙ্ঙু সিদ য়েন্, লাইবেল্ নাদ য়েন্বু খঙ্বগি পামেল্ সিদ মখোক্পু তুবী য়াদ চিক্ন, য়াবেল্ খোংজি নুংদদি উম্ন মথংলেল্গি তু, তু য়াঙ্লী তুববু হাপ্চিল্নন লাইরেল্ য়াঙবু সম্, তুবী মমই হুম্, লাইবেল্ মমিং পাঙ্ন বোংলয় লয়য়োয় বোইখিববু চেংলও মিথ্থিংলে। মিংয়েং সান্থইববগি পামেল্ উ অরেম্ব অসিবু তাইবঙ্ থবাইবু সিদ য়েন্বু বোইবে হায়নদি নওরুম্তোল্ অতোল্বন নিঙ্খন্খিয়ে। তুবী অঙান্ব অসিদি পামেল্ সিদ যাইবুদুম অয়বু খঙ্হন্নে। গুরু পন্থৌ অবেম্ম মহাক্নে। থাঙ্লেল্ ইখুৎসুন চয়বী ঙম্লোইযে। ইসাবী অসিসুঙ্ পলেম্ পী মচা, পন্থৌ পামচা মসেল্নে। খোইম অয়বু তেম্সিঙ্বীরোই, য়াথং সাথীবদি তৌবিরোইগবরা খঙ্দে হায়ন নিঙ্খল্লিঙইদ অসাইঙইগি মসাবী মরিমসুঙ্ থিংলও নিঙ্ন তেরক্লবগ, সানৌ নৈরাং অতোন্ববো তুবী অঙন্ববু থাঙ্জি য়াতোই লেল্নে, বাল্লোং নিঙ্গোয বোংন সানৌ নঙ্ ইখোয় মঙামবু তবা খুৎপুন্ হুপুন্ হুপ্লসে হায়নদি পাওমেন্ববু নওরুম্ অতোন্বন পাওখুম্খিয়ে। সাবীবো মবিম্ না তাবীয়ো, তুবী য়াঙ্লী সম্ লাইবেল্ মথন্নন তিঙ্বু সম্নদি চংখবে হায়ন পাওখুম্ববু না তারবগি, মসাবী ইরু নৌথিবন য়াইবী কল্হউ নিক্ন তিল্লাং মখোই সাওন বাতা থীখিয়ে। তুবী মথন্নন যাঙ্বু সম্ন

---

নুমিৎ পয়দরি, থাঙ্জি মতুম্ তোইগনি, য়াইনম্ নম্গনি হায়দুন মতম্ ঙাইরিঙেদ মাগি নুপী লাইরেল্ অমোম্ব লাইগি বোইব সিদ-নাদ য়েন্বু খঙ্বগি উ অদুগি মকুবু ময়াদ চিক্ল, ময়াদ উম্দুন পুরক্লগ মপুবোইবগি লু-য়াঙ্ অপুম্ববু তুন তইদুন, লাইরেল্গি অতেক্প ময়াঙ্বু সন্নদুন লাইরেল্ মমই হাইরে, মমিং পাঙ্লে। মমিং পাঙ্ন হান্নগি মবোঙ্দ চংখিববু উরে। চংখিব অদু উবদগি উ অচৌব অসি সিদ-য়েন্ নাদয়েন্ হায়বদু বোইরে হায়ন নওরুম্তোন্ অতোন্বন খন্খি। লাইরেল্ অচৌব অসিন অয়ুবু সিদ-নাদ য়েন্ বোইব অসিবু খঙ্হন্নে। তাক্পীব ইপা লাই হায়বদু মহাক্না বোইরে। মাবু থাঙ্ন য়ান্ব ঙম্নরোয়। ইয়াম্বসিং অসিসু ইপা ইমা অমম্ভগি মচানি। অয়বু খোইখা লিল্খা থান সাওবীরোই। থীন চৈবীরোইদ্রা খঙ্দে হায়ন খল্লিঙেদ ময়াম্ব মরিমক্ হান্নক্লে। ইনাও অতোম্ব, লাইরেল্ অচৌব চানব সেম্ব অথোংবে অদু অয়খোয় মঙামক্ চারসে হায়বদ নওরুম্ অতোন্বন খুম্লক্খিয়ে। তাদ মরিম্ক্ তাবিয়ু। লাইরেল্ অদুদি মথন্ত তিঙ্লী য়াঙ্লী সম্দুন চংখরে হায়ন খুম্ব তারবদগি ময়াম্ব ইরু নৌথিবন য়াম্না সাওন চৈথি। লাইরেন মথন্তন ময়াঙ্ সম্দুন চংখিরোই। ইনাও

চৎথিরোইয়ে। সানৌ নঙ্ন নতোম্ য়াওচারব নবিঙইনে হায়ন পাখং লাংলেল্ কোঙ্‌য়াঙ্ সীংজঙ্ মখুৎসু মকোক্ক নাক্লু মোইফাং তেক্, ফইরা তান্বুম্ পোপ্ন, য়াঙ্লেল্ লুজাও খোয়, সম্লা তোংদম্ লয়, সয়েঙ্ মতান্বোম্বু তেক্ন লংফই খাংপোক্ সঙ্দদুম্ ছল্লাল্লম্লে হায়দবরা। অসাইঙইগি মসাবী মরিমদি থিঙ্লও নিঙ্ নত্তেন মরাল্ বোন্দেরক্লে হায়দববা।(৩৫) মপল্ পল্লেম্ মমা পোক্মাবী লয়ম লাইরোক্ লেশ্বীন পাওহম্ঙম্মে। পারী খোইনাই অহল্বরো নসানৌ নওক্রম্ অতোল্বদি কদাইনো হায়ন পাওহংববু, হোয়দা পল্লেম্ পোক্মাবীবো সানৌ নওক্রম্ অতোল্বদি য়াংলও লম্মখাঙ্ মদ অবা পোংথাহওয়ে হায়ন পাওখুম্ সানয়ে হায়দবরা। অসাইঙইগি সানম্ ঙাইথিঙ্তোল্ অতোল্বদি ইরু লৌথিবগি সীঙজঙ্ মখুৎসুদি চয়বী চয়থা খোল্গি তাঙ্জ কোক্ঈ কা, মাল্লেম্ লয়দ বোম্লববু উন্বী লয়নিঙ্সিংলক্লবগি পামেল্ সিদ যেন্বু তাল্ন, তাঙ্জ লিল্লম্ চৎন, মাল্লেম্ লয়মায় সিৎন, থবো কাংদরুম্ বোন্চিন্খিববগ, য়ারেল্ মাগি খোংখৈ চিক্, তলা উকু সাই, পামেল্ মকু উম্ন সমু মহাক্সাংবু মথম্ম হাইকাম্ন য়োয়য়োইলক্লে। নাক্লৌ মোইফাংতোল্, ফইবা মতাল্বোম্ অতেক্প, সয়েঙ্ মতাল্বোম্ পূম্ন তেক্লববু অনা লাইকোক্লে হায়দববা।(৩৬)

নাওরুম্তোল্ অতোল্বন পামেল্ সিদ য়েন্ অদুবু তম্লা উকু খোক্ন, পামেল্

---

নঙ্ নথঙন চারিবনি হায়দুন মখুৎত পায়ব বাগি সিঙ্জঙ্খোক্ন নাক্থিংগি সরু তেক্ন, মফৈ, মপাম্বোম্ পোপ্ন, য়াঙ্লেল্ সরু অচৌব খোয়ন, মঙ্ক্ লয়ন, সয়েঙ্ তেক্ন লংফৈ চংপ মীন লৈনব সঙ্ অদুদ ছন্দোক্লম্লে। ময়াম্ব মরিমক্তি ময়ুম্দ হল্লক্লে।(৩৫) মমা অপোক্পী লয়ম লাইরোক্ লেশ্বীন মচা নুপা অহল্ খোইনাই অহন্বদ মনাও নুপা অতোন্ববু কদাইনো হায়ন হংবদ ইমা, ইনাও নওরুম্ অতোন্বদি লম্বীগি মফম্ অমদ পোংথাহৌবি হায়ন খুম্খিয়ে। মনাও অতোম্ব নওরুম্ সানম্ ঙাইথিংতোল্ অতোল্বদি ইরু লৌথিবগি মখুত্ত পায়ব সিঙ্জাঙ্খোক্ন যুবগি চয়নাখোল্ন মকোক্ কায়দুনা ঈ থোক্পন ঙাওদুন লৈপাক্ত তাদুন লৈবদগি বাখল্ লাক্তুন সিদ য়েন্গি মনাক্ তাম, লিম চংপদৌন, লৈপাক্ত সিংন, থরো থরো বোনসিন্দুন, ময়ান চিক্তুন, উগি মকু খোক্তুন, ময়ান উম্ন সাইদুন, মসাদ কাম্সিন্দুন লাইকম্মজরে। নাক্থিং অতেক্প, মফৈ অতেক্প, মপাম্বোম পূম্তেক্ তেক্লববু অনাব ফরে।(৩৬)

নাওরুম্তোল্ অতোন্বন সিদ-নাদ য়েন্ বোইব উ অদুবু মকু খোক্তুন, ফিদ য়োম্দুন মনংগন্দ পোদুন ময়ুম্লোম্দ হল্লক্লে। লম্বী লম্থাঙ্দ হুই অসিব পূম্ম্ নম্লব, অপৎপ

কুরোল্ হন, চইরই মথিম্দ য়োম্নদি মসু নম্দ পোনদি মরাল্ রোন্দেরকৃলবদ, যাংলও লম্ম খাংদদুম্, সরাই লম্ম খাংদদুম্ য়াংলৈ তাওব হুইথৌথী অমন তাওব অমল্ সিয়াই চল্, য়াওরা সুজা নম্ব, তেক্তা লাইকোই থুং, খোইয়া লোক্চুম্নন, মকে হাথনন, লাইজ ঈরোয়নন তাওথরকৃপবু চেংলও মিৎথিংল, মিৎয়েং সানকৈরবগি নওরুম্ অতোল্বন নেম্বী সীঙ্নাং কাওরোঙ্ সূন, লয়রাই চাংদোল্ মুংবী থক্ত চিংখংলবগ সিদ-নাদ য়েম্নাংচানবু য়ারেল্ খোংখে নুংদ চিক্ন, পামেল্ সিদ য়েনবু সায়ন, তিন্নাং হাইসিংনন, য়াংলৈ তাওব অসিব অদুবু য়াংলৈ পুম্ন সিংলবগ তাওব থরাই য়োয়রোইরকলে। কানন মইগ হাইন, য়াংব নাবু থুপ্, হয়না তুথাং ইল্ন ঙাইরোয়নরমৃয়ে হায়দববা অদুসুঙ্ মতোম্দে।(৩৭) সরাই লম্খাঙ্ মদসুঙ্, লোইয়ম্ ঙানব নহা থোংঙাইব, লাল্লোই মিঙাথোঙ্ আতিংঙাবু হাইহৈব সারেল্ মীসুঙ্ লাং অরেম্ববু য়েল্হৈব চনু, নাওরা লাংচেং মথোক্লকপীবু অমল্ খম্লয় কুম্বগি সুমাই কু ককপ য়েল্হৈব চনুগি ফাল্চাও খুরৌব অমল্ খাঙ্য়েন্লবগি তরেৎ মনিল্ নাই, রাংলেল্ মবাঙ্ হওঙম্ববু না তারবগি, মোম্নু লাইজ ঈপাল্ লাং, ঈমু ময়োন্ সৎন লয়রাই হোইসোন্ কাবী অমদ পাওহংখিয়ে। হে পল্লেম্ মানবী ইমারো, থাঙ্গা নবইকোক্ত, লইকাই নপাল্সাংদ তরেৎ সেলবু যইব, রাংলেল্ পুঙ্বু হওবিব অসিবু মতৌ কবম্বনো না তানিঙ্য়ে হায়ন পাওমেল্ খোল্গি মোম্নু লাইজ ঈপাল্ লাংবীন লইবাই মুংবী থক্তদি য়ারেল খোল্খঙ্ মতাই

---

মনম্ নম্খীবব, রোনিঙ্লব, মপুৎ মপুৎ হোবব, মহী তারব অম ঈসিংদ তাওথবকৃপবু উরে। নওরুম্ অতোল্বন সিঙ্নাং অমন কাচি সাদুন লয়রাইগি মথক্ত চিংখংলগ, সিদ-নাদ য়েন্গি উ মকু ময়াদ উম্দুন সাইবগ উ মহী অদু হূয় অসিব অদুগি মসা অপুম্বদ সিৎচিন্নবদগি হূয় অদু হিংগৎলকলে। মমই হাইদুন, মনা থুপন, মতুং ইন্দুন, মাগ লোয়নন লাকমিন্নরে। অসিনসু লোইদ্রি।(৩৭) হন্নকৃপ লম্বী অদুগি লম্খাঙ্ অমদসু ঙানব সলাইদ পোক্প থোঙাম্ অমগি মচা নৌন মথোং কারকপী অম সিবগি সুমাংদে কু চানব, পোংসেম্ হৈবীগি মচা নুপীন তাইবঙ্ মপুগি লাংদ থাম্নব মীবোইবগি পুন্সি, অরেম্ব মীবোইগি পুন্সিবু লোম্লবগি খাংঙেন্ফম্দ লৈরবগি পুঙ্ সেল্ য়য়ববু তাববগি ঈসিং সোকপগি লয়বাই কারকপী অমদ হংখি। হে ইমাওম্বী নখোয়গি লম্ নরৈকাইদ পুঙ্ সেল্ য়যব অসিবু করি কবম্ তৌবনো তাজনিঙ্ঙি হায়ন হঙ্বদ ঈসিং সোকপী লয়রাই কারকপী নুপী অদুন লয়রাইগি মথক্ত, মবুক্ত অথাকপ লৈতন হোয়, হে ইবুংঙো নিপামচা নৌ সকখঙব, ইচা নুপী ঙানব সলাইগি থোঙাম্ মচা, নৌন মথোক্ কারকপী লৈসাবী অমবু ঙারাং অহিং মপু

চিকাঙ্ঘন, হোই হে তোল্নাবরো। ইমোম্ ঙানুরোল্ থোংঙাইব চনু, নুবা লাংচেং মতম্লক্পী অমবু অরাং কৌবও নুমিদাংদ মচি চিরাই ইম্চঙ্ লাং, কোরও তম্থ বাং, বাংবল্ সিফা লাংবু মোম্নু তাঙ্জ ইরু ফাংন বায়ব তেল্বাইথববগি কোরও মনোংথৌবু কাফবে।(৩৮) বাংবল্ মকা স্যন খাইফরবগি মপল্ য়োম্লোই হও, মদু ইম্দাং সাংবন লুখুম্ থাঙ্গ সংন কন্য়োন্লবগি বাক্য়য় হিমই নাইদব, তোংজেং হিরু নাইদব, খম্নুং লাংবোন্ হি, সবাই পল্কেল্ হিবু তৌখঙ্বগি, সুমাই কু ককপ ফাল্চাও খুরৌব, থাঙ্ঙ থাঙ্দম্ব মথাঙ্ তম্, কম্বোং থাল্সেম্ব মথাল্ সেম্, লইকাই পাখঙ্ থৌবেম্বন সাব থাল্, কোবও সেন্থীরাল্, বাঙ্বল্ সাইথী রাল্, ইঙা তোল্ব লাল্, কাইনই পেতরুক্ সাইব বাল্, সাসাঙ্ য়ুঙই রাল্, পোইদিং লান কুম্ন সঙ্দ, সাসঙ্ মবিল্ ফাংন য়াতাববগি হাওসি মংথিল্গে, লম্য়াই কাইখিল্গে, পুবোই লইকোইগে, মথৌ য়াংগেন্গে হায়বগিবু তবেং সেল্ফাং য়য়বন, বাংলেল্ মবাঙ্ হওনদি নমু মীয়াম্ তিন্বনে হায়ন পাও তাক্লবদ। তৌইগি হে পল্লেম্ ঙাইবী বো নমোম্ অমল্ সিকুম্বী, খম্লই অযেংবী, অমল্ য়াইথোঙ্ কুম্বীবু অয়দুম্ থবাই লাইহিংবীগে। নপাবী নৈরাং মতম্ মান্ব অয়বুদুম্ তরা চাক্ পীজবো হায়ন পাওমেন্নবদ। তৌইগিদি পাবী মতম্ মান্ব নঙ্দি চেংলও মিংকুপ্ মরম্বু লইরাই মুংবী থক্ত বাংলেল্ পুঙ্গোই তঙাই খাম্বীঙম্বো। মপল্ সাংমবদ, মদু লেংনে তিন্ব পাওতাক্লুখিগে হাযনদি পুন্নাং খুত্ত সুন অচেন্

---

মাগি লাং, অবাংবেদগি তাবক্প, লাইবক্ন তম্বগি নোংমৈ সিঙ্জঙ্ন ইচা নুপীগি মকোক্ত ফাওন থারবগি নোংগাবে।(৩৮) তাইবঙ্ মপূন মরাইবক্ত তম্থ্রবগি মপা মপল্ ময়াম্ হওন, মচিল্ মপুবা ময়াম্না খুয়া লুখুম্ ফম্ন অনাব লায়কম্নববু ঙম্ত্রবগি, মমই নাইদব হি, হিরুবাক্ নাইদব হি, সিবদ তোংনব হি, অসিবগি লম্ চংনব হি, কু সাবগি উ ককপ, ঈরুনব ফাল্ সাব, থাঙ্লেল্ফম্গি থাঙ্পোক্ থন্বগি মফম্ সেম্ব, লইকাইগি মবুং মপুবান সেম্ব মফম্ নুমিং মঙাল চঙ্দনব, নোং য়ুদনব সাব সঙ্, কা নাইদব সঙ্, ইন কুম্ন সঙ্দ য়াতাদুন লৈরবগি মংদ পুগে, সিফম্দ কাই সাগে, সিবগি ময় কোয়গে, মথৌ তৌগে হায়বগি সেল্ য়য়ব, পুঙ্ য়য়বগি মী ময়াম্ তিন্ব হায়ন তাক্লবদ নওরুম্তোল্ অতোল্বন হে ইমাগি মসক্ মান্বী, ইমাগুম্বীবো নচা নুপী সিবিবী, অসিব হায়ব অদু বোইরিবী, অসিবগি লম্বীদ চংলবী অদু অয় হিংহনবীগে। নচাগি মতৌগুম্ব অয়বু চাক্ পীজো হায়জরে। অদু বোইরবদি ইচাগুম্ব নঙ্ মিংকুপ্ অমরোম্দং লম্বী মথক্ অসিদ ঙাইবীরম্থো। মপা অপোক্প, মবুং মপুবা ময়াম্ তিন্ব অসিদ তাক্লুখিগে হায়দুন ঈসিং পুন্ অদু মথুংন পুদুন

খোঙ্লয় য়াঙ্খিবে।(৩৯) সাবী লেংন তিল্ব, সানৌ লেংন ফাংব সিংবো পাখং উবাংমই নহা খাঙ্নৌব, লাংচেং মকারক্প অমন লইরাইদি নকুম্লম্দদি পাওমেল্লক্য়ে। নমোম্ খম্লই কুম্লবী অসিবু থবাই লাইহিংবীগে তরা অয়বুদুম্ চাক্ পীজৌবো হায়রক্য়ে। অসুম্ন পাওমেল্লবদ পল্থৌ মপা অপোক্পন তৌইগিদি সানৌবো নঙ্ন থুন পাওকৌরুবো হায়ব পাওমেন্ খোল্গিবু মোম্নু থিঙ্লও নিঙ্ন তেন পাওমেল্লুয়ে। পারী তোনাববো তরা চাক্ত পীজববু হায়দবসুঙ্ ইমোম্গি থবাইবু য়োয়য়োইন লাইহিংবীববদি তাইয়িম্ নাইয়াম্সুঙ্ পীগে। কাওরেল্ সল্সু পীগে হায়রক্য়ে। অসুম্ন পাওমেল্লরববু নাতাববগি কৌব মপু নিংথৌচা নওরুম্ অতোল্বন ঙাল্ব ময়ুম্ নাক্পু চংলক্লে। পন্থৌ পল্লেম্ অনীমনবু মালেম্ লয়দ পক্ন পুরুম্ ঙম্য়ে। হে নাওবা নিঙ্থিববো ইমোম্গি থবাই মিবাং পাল্বু হল্বাইলক্প ঙম্লবদি তাল্লোই তুনুংসিবু, তাইয়ম্ নাইনুং চংবু বোইনগে হাযরবসুঙ্ পুক্নিঙ্ থম্পল্ লৈবোইযে হাযজববদ নওরুম্ অতোল্বন বাহম্লক্যে। হোইদ, হে পন্থৌ মতম্ মাল্ববো নমোম্গী থবাইবু য়োয়যোইবীয়ো হায়ববদি তেক্পী বোক্চাও হাৎ, কাইবই য়েন্ফাং তুন, বাংলয় খরুঙ্ লেপ্তম্ পৈ, তরা নুক্মাই বেম্ন ঙাইখাম্বো। খম্লয মীনুং কোল্গি

---

য়াঙ্ন চৎখরে।(৩৯) ইথক্ থোংব অহল্, ইখা থাব ইবুং মপুবাসিংবো পাখং মচা, য়াম্ন নৌবিব, মথোং কাবক্প লইবাই কুম্ফম্দ লৈহৌবন সিবিব নুপী অসি মহাক্ন হিংহন্বিগে মাবু চাক্ পীজৌ হায়রক্ই। অসুম্ন পাও তম্নবদ মপা অপোক্পন, ইবেম্ম নঙ্ন থুন কৌরুবো হায়বদগি নুপী অদুন অমুক্ হন্নক্ন হায়রৈয়ে। ইমাগি ইবুংঙো নৌন সক্ খঙ্নব, নঙ্ন ইচাগি থবাইবু তসেংন হিংহন্বিরবদি চাক্ পীজবত নত্তন ননাইসু য়াম্না পীগে। সল্ কয়াসু পীগে হায়বক্য়ে। অসুম্ন হায়বব বাবু তারবদগি কৌরু নিংথৌগি মচা নওরুম্ অতোন্বন ঙান্ব সাগৈ অদুগি ময়ুম্দ চংলক্লে। মপা মমা অনী অদু লৈপাক্তা পরু থুরুম্লে। হে ইবুংঙো নিঙ্থিব নঙ্ন ইচা নুপীগি মথবাইবু হিংহন্ব ঙম্লবদি নহাক্কি অথোইব নুপী নত্রগ নুংসিবী ননাই বোইবিগে হায়ববসু পুক্নিঙ্দ চিঙ্নববোই হায়জববদ নওরুম্ অতোল্বন হায়রক্য়ে। হোয়, ইপাগি লেংগা বোইব, নচা নুপীবু মথবাই হিংহন্বিযু হায়রবদি বোক্ অচৌব হাৎন, য়েন্ ময়াম্ হাৎন, চু খরুঙ লেপ্মুক্ বাংন পৈন, চাক্লুক্ থাদুন ঙাইদুন লৈবীয়ো। অসিব লম্দগি মথবাই হিংদুন হন্নক্লব নচা নুপীগ ইবানি চাক্ চামিন্নগে। ঙান্ব সলাইগি নপা নচা পুন্নমক্সু চাক্ পুন্ন চামিন্নহন্নো হায়ন হায়জরে। মপা ইবুংঙোন হায়ব মতুং ইন্ন, চাক্লুক্ যজন সেম্দুন থেম্দুন থম্নগ সা

হল্‌বাইবক্‌লবগ নমোম্‌গ ইপিংঙাবু তবা খুৎপূন্ পীমনগে। ঙান্‌ব নপা-চা পুন্নমসুঙ তবা থূৎপুন্ হপ্‌হল্‌লো হায়ন পাওমেন্নবগ মপল্ পল্‌থৌ নিংথৌন যাথং মতুং ইল্‌ন তরা লুক্‌মাই হেল্, সাবেল্ ফাহাপ্‌নন ঙাইখাম্‌লবদ নওরুম্ অতোল্‌বন চইরুই ফিকোই হাং, ফাকং খারোল্ কাঙ্গন চিঙ্‌খিবে।(৪০) তাইবঙ্ থবাই সিদ য়েন্‌বু হিদাক্ পান্দ তই, য়াফম্ লুবোয় খোম্‌ন তাংজ মীগি মচাবু খোইবা মহুম্ নুংদ খোন্‌জেন্ উংকারবু মিন ঙংলবগ থবাই য়োয়য়োইবক্‌পগুম্, থম্‌লয় মীনংকোল্, সবা মখুরোল্‌গি মমোম্‌গি থবাই মমিং লেল্‌বু তাইবঙ্ মাল্‌লং কা, থম্‌কোল্ মমায় লাংন তাইবঙ্ হল্‌বাইরক্‌লে। হক্‌সাং লাইজি পরই থোক্‌ন থবাই মমায় রই, চেঙ্‌ঙা খুফম্ হোংলব্বু, তেংনৌ য়োপাল্ থোং, কজেং য়োংথাঙ্ তিল্‌গুম্ব, থবাই হক্‌সাং অনীমবু তিলসিল্‌নরক্‌লে। খোম্‌লেল্ মিংকপ্ থোক্‌পগুম্ন চেংলও মমিৎ পাঙ্গন হা পলেম্ ইমা ইমা হায়ন পাওকৌবক্‌য়ে। মমোম্ য়াওবা খোন্‌জেন্‌বু না তাব্বগি হায়াউ মখৈ লৈতন নমু মীয়াম্ চঙ্, চরই ফিগোই কাঙ্, ফাকঙ্ মরোল্ থোক্‌ন, চেংলও সকুউনরবগি ঙক্‌থী লুম্‌লাং কোল্, খজাই লেংলোই চুপ্‌ন, সম্‌লাং তোল্‌গ নাল্‌নদি তোইনরে। মপল্ য়োম্‌লোই হওন, মদু ইমদাং সাংব সিংসু তবেৎ সেল্‌দি মনিল্ নাই, বাংলেল্ পুঙ্‌দি মবাঙ্ হওরম্ববু উন্‌বী পুক্‌মান্নদি মীনোক্ খোন্‌জেল্ চাওনদি নুংঙাই মবাং কাইবে হায়দবরা। অসাইঙইগি মপল্

---

থোঙ্‌ব হাপ্‌তুন স্তাইরে। নওরুম্ অতোল্‌বন ফিন্ন কোইসিন্নিদু হাংদূন, খারিব ফি অদু থাংগৎলগ চংখরে। (৪০) মীবোইবগি থবাইবু হিংহন্‌ব ঙম্ব হিদাক্ সিদ-নাদ য়েন্‌বু মপান্ থংবা হকচাংদ তইরে। থবাই-মি খোম্‌ন, তাংন পোক্‌চবী নুপীমচা অদুগি খোয়দৌদ, থম্বোইদ খোন্‌জেল্ পিক্‌ন ঙঙ্‌ন কৌরবদ থবাইন অসিবগি লম্‌দগি হন্নক্‌পগুম্ মচা নুপী অদুগি থবাই মিরেম্ন তাইবঙ্ পান্দ কারক্‌লে। মীগি হকচাং দগি মপান্ থোক্‌ন্নব, মফম্ হোংন্নব থবাইন, য়োংপাক্ মখোক্ পান্‌বগুম্, য়োংথাঙ্‌লী হান্নগুম্ থবাইগ হক্‌চাংগ তিন্নরে। তুম্‌লুবদগি মিংকপ্ থোক্‌পগুম্ন মমিৎ পাঙ্‌লগ "হা ইমা" হায়ন কৌরক্‌লে। মচা নুপীগি খোন্‌জেন্ তাবদ হায়াউবগি ঙম্‌খৈ লৈতন মী ময়াম্ চঙ্‌দুন, ফিন্ন কোয়সিন্নিব অদু হাংদোক্কুন মসক্ উনরে। মঙম্ভ কোম্মূন চুপ্‌ন মসম্ নান্‌বীরে। মপা মপল্ ময়াম্ হওদুন, মচিন্ মপুবাসিংসু পুঙ্ সেল্ য়ম্নরম্ব পুন্নমক্ পুক্‌চেল্ অমত্ত বোইন হায়াউন নোক্‌মিন্নরে। ঙসাইগি মপান হান্ন সেম্‌দুন থম্ব চাক্‌য়েন্‌সাং অদু কৌক্র নিংথৌগি মচা নওরুম্ অতোম্বগ চাক্কুক্ অমত্তদ পুন্ন চামিন্নরে। ঙা মতোং সেংন চামিন্নদুন কেগাম্ অমত্তদ ঈসিং থক্‌মিন্নরে। মপাগ তিন্নব মী ময়াম্,

সংলও মথৌবাং, য়েন্নাং মঙ্ম্দম্, তবা লুক্মায বেম্ব, অবাং কৌব মপু নিংথৌচা নওরুম্ অতোল্বগ তবা লুক্মায় মদ খুৎপুন্ লুবোই হপ্মনন, লেম্লয় ঙাতোং সেৎমন, বানচেং সৌরাই মেল্মন, লাইজ চিন্খুন্ য়ুংমনবে। মপল্ লেংন তিল্বসুঙ্, থাঙ্ঙা মরইকাই, লয়কাই মপল্ সাংসুঙ্ পুক্নিঙ্ মবাং কায়ন তবা খুৎপুন্ হুক্মনরে হাযদববা। মমাল্ চাল্ব নহান মাক্লওবেম্ কৌব মপু নিংথৌচাবো ইমোম্ অসিবু তান্লোই তুনুংসিবু বোইবিবো হায়ন অবোঙ্ অবুল্, নুহোঙ্ খোঙ্দোং, কইকল্ সল্লুং, সল্সেল্ নাওবোই, তবোং তমং পুন্নমবু চাম মসিঙ্ সুন মবাল্ নুহোঙ্ খোঙ্দোংবীরবগি কৌব মচিঙ্ লেলবু বাইথুংলবে হাযদবরা।(৪১)

খোইয়ম্ মপাবী খোইনাই অহল্বসুঙ্ তান্লোই মরুম্বী নুংবাল্ পুনসিব চনু, মপল্ নুংবাল্ পুন্সিব, মোংব ইম্জাও মাঙ্, য়াংলা হয়তুপ্ পোক্, সঙ্দিঙ্ লোল্ফৌ চিঙ্বু থেংকোইব, চিঙ্খোঙ্ সুম্ব কেকরু পল্, কাসল্ সল্কৎ লম্, ময়দিংঙু উবা কৌন্থৌব চিঙ্সোঙ্ লুথোং পুঙ্, চেংলয লম্ম হল্বু ফৈন লাম্ন বাতেম্ব, লোইয়ম্ থাঙ্সু বাক্প, নিংথৌ কল্ব, সিঙ্লেল্ নোংফুবেল্ নোংচুপ্ যাই, কাসল্ খুল্ঙম্ পুঙ্, হুইয়েল্ লাল্নিগিদি মবেম্ সেল্ব লম্থাঙ্ য়া, ফাথিব সেৎতব হাউবাল্ মইনাইব ফান পুঙ্নে। হুপ্লও পাৎকাইবম্ খোংবু তান খল্ব, নুংবাল্

---

মরইকাইগি মবুং মপুবাসু পুক্নিঙ্ নুংঙাইন চাক্ চামিন্নরে। মকুবোক্ চাল্ব নহান ইমাক্ ইবুংঙো কৌরু নিংথৌগি মচা, ইচা নুপী অসিবু নহাক্কি নুপী বোইবীরো হায়দুন লুহোংদুন অবোঙ্ অউন তম্দুন, মফৌ-মকই, কই সেম্নব মী, সল্ সেম্নবা মী, তবোং তমং মসিঙ্ চাম চামন খুজিঙ্ বোইন তম্দুন লুহোংবীবে। লুহোংলবদগি ময়ুম্ কৌরু চিঙ্দ থুংলরে।(৪১)

কৌরু নিংথৌগি মচা খোইনাই অহল্বসু মাগি নুপী বোইনব লুবাং পুন্সিবগি মচা মসু, মপা লুবাং পুন্সিবগি য়ুমগি মমাঙ্, হয়তুপ হওব মফম্, ফি যৌবঙম্ পাক্-সন্ন লৈব চিঙ্, কৌরুগি পল্ বোইব চিঙ্খোঙ্, কেক্রু পল্ কাসল্ হায়ব কাংলুপ্ন সল্ কৎপ মফম্, ময়তৈ নিংথৌ উবা কোন্থৌবগি লওফম্, চেংলয়গি লম্বু মাগি লয়ঙাক্ মথাদ থম্ব, মনাই থাঙ্সুবাক্প, নিংথৌবু কল্ব, নোংচুপ্গি থাক্বাংব মফম্দগি লাক্প মীগি য়াই বোইব লম্, কম্লবু ঙম্ব চিঙ্, মরেম্গি মপু লাল্দ থৌব লম্থাঙ্য়া, ফি সেৎতব লাল্হওববু ফাব মফম্, হপ্লও পাৎকাই য়ৌন খুন্দাব লুবাং পুন্সিবন পোক্পী হোঙ্নেম্ লুবাং নিংথৌন পোক্পী,

পুন্সিবন পোক্পী, হোঙ্নেম্ লুবাং নিংথৌন যেন্বী, মপাম্ লম্লেল্ মদাইম, অবাং কৌব লুবাং চিঙ্, নুংবাল কল্লয় ফাব, কাঙ্নিঙ্ পাম্বন খোইয়ম্ লাইকম্কাইবী নোংমল্ চিঙ্, বাঙ্দই হমেঙ্ ঙম্তলব মুকতম্ থেল্, খোইমোম্ লাইসোয়চী সোয়, ঙাংচেং মম্বী লোক্, মুবা লোক্লেল্ কোল্, লুবাং হয়নিঙ্ চংনিং সোয়, চংনি লিক্লেং পরেং সোয়, নুংবাল্ থেংন মীহি মোম্, অবাং কৌব লুবাং চিঙ্বু পুম্ন চল্ন অসে লম্লেম্ সক্প চনুবু চেঙ্লুক্ ঙাক্কোই সূন, ঙাপা পাওতোং য়াল্নদি, য়ু খুম্লাগ তোপ্ন, খুম্লোং নাক্থং লোল্নদি, হয়কু পোংতম্ সেম্ন, মল্লা মসিঙ, সূন হোইথিরুরে। মসানৌ খোইনাই ইম্থংবসুঙ্ তান্লোই মরুম্বী খম্বী মাইনৌ চনুবু মল্লা মসিঙ্ সূনদি হোইথিরুবে হায়দববা। অদুসুঙ্ মদোম্দে। য়ুকোক্থোং য়াইমবসুঙ্ মরুম্বী নুংবাল্ লুবাং চনু, মপল্ নুংবাল্ অসাং-অবাং পাম্বন পোক্পী, খুন্বু সল্য়াঙ্ খাইবন যেল্বী, মপাম্ লম্লেল্ মদাইমক্, য়াউবৈ লযয়াথী খুন্কাম্ লাইনা মুং, তাওতং সাংন পুঙ্, মোইতং ফুইন পুঙ্বু সৈবোন্বী, থৌবই বা কম্বোং, চিঙ্নুং নোংগৌবীবু ফুংগা লাইরু হম্ন, কংলয় লম্তাইব চনুবু চেঙ্লুক্ লম্কোয় সূন, ঙাপা পওতোং য়াল্ন হোইথিরুবে। মসানৌ ঈরু লৌথিবদি তান্লোই মরুম্বী নোংবাল্ খম্বী হল্ব চনুবু চেঙ্লুক্ ঙক্কোই সূন, ঙাপা পাওতোং যাল্ন, মাল্লা মসিঙ্ সূনদি হোইথিরুবে হাযদববা ॥(৪২)

---

কৌব্রুগি লুবাং চিঙ্, লুবাংগি কাল্লয় ফাব কাঙ্নিঙ্ পাম্ব লাইকম্বীন সিখিব চিঙ্, হমেংন কাব ঙম্দব মফম্, লাইগি সোয়, মম্বীরোক্, মুবা নিংথৌগি লোক্, লুবাংগি চংনিং হওব মফম্, সোয়, চংনিংগি লিক্ পরেং মানব সোয়, লুবাংগি হিদেল্, লুবাংগি মী পুম্নমক্ সিঙ্থানব নিঙোল্বু চেঙ্-চাক্কি লুক্ থম্ন হাপ্তুন, সাগৈগি বোইব ঙা পুদুন, লান কুম্ন য়ু চফু মখল্ মখল্ সাজম্দ পুদুন, হয় মসিঙ সূন তোপ্নে তোপ্নে পুদুন, হায়জবগি পোং মসিঙ্ সূন পুদুন হায়জরুরে। মনাও খোইনাই ইম্থংবসু খুমন্ মহৈ-মসিঙ্ হৈবগি মচা মসু, নিঙোল্বু পোং মসিঙ্ সূন পুদুন থিজরুরে। অদুনসু লোইত্রি, য়ুকোক্থোং য়াইমবসু লুবাং নিঙোল্ অসাং-অরাং পাম্বন পোক্পী, খুন্গি মপু বোইবন পোক্পী, য়াউরে খুন্কাম্ হায়ব কাঙ্লুপন খুন্দাফম্ তাওতবেগি পোক্ফম্, মোইতংবু পোক্ফম্নি হায়ন সোনব মফম্, লাইগি থবক্ত মথৌ বোইবী চিঙ্নুংগি নোংগৌবীবু য়ুম্গি লাইদ কংন লম্ তাইবগি মচা মসুবু লুহোংবগি পোং মসিঙ্ সূন পুদুন লুহোঙ্লে। মনাও ঈরু লৌথিবসু অঙোম্ নিঙোল্ অমবু চেঙ্-চাক্, ঙা মসিঙ্ সূন পুদুন লুহোঙ্লে ॥(৪২)

## অহুম্সুব মতাং

খোইমোম্ কৌব্রু অসুপ্পদি মপাবী মঙামক্ক মবোই নাইব হাওব লৌসিংবগ কৌব মচিঙ্ লেন্দদি নুংঙাই মবাং কাইনদি পাল্মনবিঙইদ হাওবই খান পাংব রম্, কেগে চাওব পুঙ্, মোইবাং সাংব য়ায়, সাংদোল্ লৈনৌ তাদ, কেগে ৰোক্চিন্ লয়মযায় কোন্খাচা (কোন্খুচা) খুন্‌ফম্ লেন্দ, লয় তরেৎ য়াংদই খা, য়াংখোং লয়ময়ায়দ নিংথৌ খোইবী হাইবন খুন্দা ৰায়, খোংলেল্ হযিং খোইচান ফুংগা থিঙ্বী মফম্ হোংন চাইবী পুঙ্, চাইবু খুন্দা পুঙ্, পামেল্ হযি উতোম্ পোক্, পোল্‌বী ঙাঙ্গোই তোম্থিল্ চেক্, চেক্‌লা নিক্‌সি থাবাংবী অমুবন খুৎফাং লযচেঙ্ ফামন হোৎন লাইজ ঈখঙ্ খোং, কেগে থিন্বীসুন ঈতম্ খোং, মোইবাং য়ুবান্‌বীন য়ুবান খোং, কেগে মান্বী সল্‌সেল্ ঈ, ৰাযখু খুলবোঙ্ ঈ, থারাও লম্‌সং ঈ, কুলেক্ অনী চিন্দিন্ ঈ, হুযেল্ লাল্‌নিগিদি নোংয়াই অমু তরাম্‌সু, হাওচেং নম্‌পোক্ চয়থংগি লোক্তাক্ পন্য়া কোইববু, লযমু সিংতাক্ পুঙ্, নোংয়াই তিমেল্ খাঙ্‌লা লাবোং চাক্‌চানবন খুমল্ তিক্তা সল্‌মইবী সল্‌মইববু কেগে সল্‌থোঙ্ য়োয়্‌তা পুঙ্, মঙাং হাওতম্ খোং, কাম্ব অওবি খোং, অওরি অওরা খোং, কেগে কেল্‌লও পুঙ্, মোইবাং লাইচিঙ্‌লেল্ চিংমাবাব যাইতোল্ থোংবু তাওখঙ্ পুঙ্, কেগে লম্‌কোইবেন্দ ৰাঙন্‌ব, মোইবাং লাইচিঙ্ লেন্দ ৰাতাব, থাঙ্‌ৰায় কোংতিং

---

কৌব্রুগি নিংথৌ কৌব অঙাওঙাদি মচা নুপা মঙা মক্ক মাগি খোঙ্‌লুপ্ হাওব অসিংবেগ কৌব্রুদ নুংঙাইন পান্মিম্নরিঙইদ মথা মাইকৈবোম্দ লৈব মোইরাং হায়ব মরাক্ ময়ুং চাওব লম্, সাংদোল্ লৈনাওতাদ, কেগেগি বোক্চিন্ হায়ব লম্গি ময়ায়, কোন্খাচাগি লম্দ, লৈকায় তরেৎন খুন্দাব লম্, য়াংখোংগি লমদ্, নিংথৌ খোয়বী হাইবন খুন্দাব মফম্, লয়বাক্ ঙাক্পসিং য়ুম্ হোংলক্লুন খুন্দাবব মফম্, হয়ি হায়ব অখন্নব উন হওব মফম্দ মঙক্ লিক্ সিফম্দ তাঙ্গব উচেক্, মথা লাবেী উচেক্ অমুবীন মখুৎন লৈপাক্ হোৎন ঈসিং থিবদ ফবব মফম্, কেগেগি থিন্বীসুন ঈসিং য়োক্‌প কোম্, মোইবাংগি য়ু ৰান্বীন য়ু লওব

অহল্ব মপারী, পলেম্ মমা চাখা খোং মবিংব চনু, লিল্কোইগি, কেগে মোইবাং নিংথৌ চোথে থাঙ্বাই পাংখংববু মচি চিরাইব ইমচং লাং, কোবও তাংখ লাং, বাংবল্ সিফা লাংবু নুমিদাং চান ঈরূ ফাৎন তেন্বাই খোল্গি কোবও মনোংথৌন কাফবে, বাঙ্বল মকা সান খাইথরবগি, কোরও ঙম্লোইনবে। চিঙ্ঙু পাল্দম্খরে।(৪৩) তানুলোই মরুম্বী, মপল্ থোংনাং লোই হাব চনু, ময়াং সুনু লোইকেল্বন পোক্পী লয়ম সুনুবেম্বীন লুখুম্ থাঙ্গ সৎনদি খবাই লাইকম্নববু কন্য়োম্রে। ঈমু সিল্য়োম্ লান য়োম্ন কন্ববু কন্য়োন্লবগি কেগে পাফঙ্থৌ মোইরাং পুফাংথৌ সিংন সুমাই কু-কক্লে, ফাল্চাও কুবওবে। বাক্য়ই লুনাইদব, তোংজেং লুনাইদব, খম্নুং লাংবোন্ হি, সবা পল্কেল্ হিবু তৌখঙ্লবগি খম্লও য়াইসি নুংদ য়াতাহল্লবগ কোবও নোংগাখিবে। চিঙ্ঙু পল্দাল্খিবে। লয়ম সুনুরেম্বীসুঙ হৈনা মতুং ইন্খিব বাগি কেগে পাফংথৌ, মোইবাং পুফাংথৌ, হন্ব

---

*খোং, কেগেগি সল্ সেন্বন সল্ ঈসিং পীথক্প খোং, বাইখু মখুৎকুম লোঙ্ব তুরেল্, থারাও (তারাও) গি তুরেল, তুম্বা মচিন্ অনী লোঙ্বগুম্ তুবেল্ অনীন তিম্নবব ঈসিং তাব মফম্, খুমন্ মচা অমু তারাম্গি মস্, নোংপোক্ থংব মফম্দগি, লোস্তাক্তি পন্য়াদ তাব লম্বু তাক্প মফম্, খুমন্ তা হৈবন খাঙ্লা অরোংবেদ চাক্ চাব মফম্, খুমন্গি মাইব মাইবী মীগি থবাই কন্বসিংন খুম্দাব মফম্, মণ্ডাংগি খোং, মীয়াম্গি খোং, কেগেগি মংফম্, মোইবাংগি লাই বোইব মীসিংন হান্ন খুম্দাব মফম্নি হায়ন খঙ্নব মফম্, কেগেগি লাইন সেম্ব মফম্দ লয়বাক্ ঙাক্প, মোইরাংগি বায়েন্ব থাঙ্বায় কোংতিং হন্বগি মপাবী, মমা ইবেম্ম চাখা খোং মরিংবন পোক্পীগি মচা, কেগে মোইরাং নিংথৌ চোথে থাঙ্বায় পাখবেবু মীবোইবগি লম্থুংফম্ বোইব, নুমিৎ মসিঙ্ য়াম্ন পুন্সিববগি হৎওনব, তাইবঙ্ মপুন থাব লাংবু নুমিদাংদ অসিবগি লাংদ থুববগি নোংগারে। তাইবঙ্ মপুন তম্বন নোংথৌদ কারে। লাইগুম্খবে।(৪৩) মাগি নুপী, মপান ময়তৈদ লোইপোৎ হায়ববগি মচা নুপী, ময়াং সুনু লোইকেন্বন পোক্পী লয়ম সুনুরেম্বীন কম্ন লাইকম্নজববু কন্ব ঙম্দরে। মথাগি মফিন য়োম্দুন কন্ববু কন্ব ঙম্দরে। কন্ব ঙম্দ্রবগি কেগে মপাসিং মোইরাংগি মপুসিংন সুমাঙ্দ কু চল্লে, ইরুনব ফাল্ অচৌব সেম্লে। হিরু হিনাও নাইদব হি মকোক্ পাম্দব, সিবদ তোংনব হি, অসিব লয়বাক্ত চৎপদ তোংনব হি, কু সেল্লবগি কু মনুংদ হিপহল্লগ নোংগাখরে। লাই লয়বাক্ চৎখরে। লয়ম মুনুরেম্বীসু নিংথৌগি মতুং ইন্ন নোংগাখ্রবগি মোইবাংগি অহল্ অমল্ মপা মপুসিং, লয়বাক্ ঙাক্পদ হৈসিংলব অঙম্*

কোক্ চাও, হল্নু লৈখম্, পাথৌখু পাথৌহল্ পূম্নমক্ তিন্নদি বা তানখিয়ে।(৪৪) ময়িম্ কেগে চাওব পুঙ্, মোইরাং সাংব য়ায়দদি মোইবাং লয়কোয় ফম্বু লৈতবগি কেগেন চৎন বাহায়ন, মোইবাং নুবা তেম্দরে। কেগে ইখোয়গি খুল্নিংথৌবু কন্নাবু বোইনসি হায়বনো হায়ন বা তানববু, হল্ব কোক্চাও, হল্নু লৈখম্ অমীমক্ন পাওমেল্লম্‌য়ে। কেগে ইপালোল্, মোইরাং ইপু লোল্নে। হাওরই অবাং পাংব লম্দগি লাল্লোই কৌব ঈ মরু, তুরেল্ লোংচা মংচা ঈ, সালোল্ মংলোল্ ঈবু ফৈন্ন লাম্ন বাতেম্ব, কৌব চিঙ্পল্ লাংদ বাঙন্ব, খোইয়িম্ কৌবরেল্ অঙাঙ্ঙা, চিঙ্ঙু ঙাংলেল্ ঙাঙ্চাওববু পাওথেম্লুসে। কেগে ইপা চানে, মোইরাং ঈয়েল্লুনে। ঙাঙ্ঙোই ইনিংথৌবু বোইনসে। কেগে চৎবা হায়, মোইবাং নুবা তেম্ন সাবল্ লাল্থোঙ্ সীম্নদি কংলা পবিং লাইবা তেম্বীলসুনো হায়নদি কেগে কায়াঙ্ব নঙ্ন কৌব মচিঙ্লেন্দগি পাওথেম্দি পীরুবো। খোইয়াঙ্বদি লম্সেল্বো। নামোই যাং নঙ্দি লম্থোল্বো হায়নদি থৌসী বাগি কেগে কায়াঙ্বদি অবাং কৌব মচিঙ্লেন্বু ইন্দান্খিবে।(৪৫) বাইথুংলবগ খোইয়ম্ সনা মখোঙ্ খাদ মালেম্ লয়দ পক্ন পুরুম্জখিয়ে। হে খোইমোম্ লাযয়িং থৌরো, কৌব সনাচিঙ্, চিঙ্লেল্ নাপোম্ মঙামবু ফুবিৎ সুম্দিল্ লাক্সিন্বগুম্ লাক্সিন্লিব লাইয়িংথৌরো

---

অথৌ, মরুপ্ মপাঙ্ পুন্নমক্ তিন্নদুন বা তানখিয়ে।(৪৪) মোইবাং লয়বাক্ অচৌব অসিগি ময়ায় ফম্ব নিংথৌ লৈত্রবনিন কেগেদ বাতেম্নব, মোইবাংদ লয়বাক্ ঙাক্নব লৈত্রে। কেগে অয়খোইগি নিংথৌবু কন্না বোইহন্সি হায়ন বা তানববু বাখল্ লৈব লয়বাক্ ঙাক্পদ হৈ-সিংবসিংন পাওতাক্ পীবম্মে। কেগে ইপা পরেং, মোইবাং অয়খোয়গি ইপু মবীনে। অবাং মাইকৈদগি, ঈসিংগি হওফম্ বোইরিব কৌক্র, তুরেল্ পুন্নমক্কি ঈসিং হওফম্দ বায়েন্ তৌরিব, কৌক্র চিঙ্দ পান্ব লাইগি মতৌওম্লব অঙাঙ্ঙা, ঙাংলেল্ ঙাঙ্চাওববু হায়জরুসে। মাদি কেগে অয়খোয়গি ইপা ইচানে। মোইরাংগি পুকোক্নে। মাবু ঙাঙ্ঙোইগি নিংথৌ বোইনসি। কেগে মোইবাংগি লয়বাক্ বায়েন্ থৌদা তৌদুন সা-লাল্ ঙাক্লসনো। কেগেগি কায়াঙ্ব নঙ্ন কৌক্রদ চঙ্খুন বা অসি হায়রু। লয়বাক্ ঙাক্প নখোয়ন লয়বাক্কি অফ-ফত্ত য়েংলো। নামোই য়াংব নখোয়ন লাইগি থৌরম্ তৌবো হায়ন তাক্লে। অসুম্ন তাক্পদগি কেগেগি কায়াংবদি কৌক্র চিঙ্দ চৎখবে।(৪৫) কৌক্র য়ৌরবদ নিংথৌ সনা মখোঙ্ খাদ খুরুম্লে। হে অথোইব নিংথৌ, কৌক্রগি মপু ইবুংঙো, অচৌব চিঙ্, চিঙ্সা নাপোম্ মঙামক্পু ফুরিংকুম্ন তাইফম্ পুন্নমক্ তাইসিন্দুন পান্নিব ইবুংঙো, ননাই অয়দি

নদাইরেম্ অয়দি কেগে নপা চানে, মোইবাং নয়েল্লুনে। কেগে লাইজ ঈমাই থাইব, ঈমু পল্দোল্ ঙাক্পনে। অয়িম্ কেগে চাওব পুঙ্ মোইবাং সাবে য়ায়দদি নিংথৌ খোযবী হাইবদি খুন্দা রায়, থোংলেল্ হয়িং খোইচান চাইবী পুঙ্, য়ায়বী খুন্দা পুঙ্দ, কেগে ইনিংথৌ চোথে থাঙ্বায পাখংববু লয়ম সুনু লেম্বীগ কোবও নোংগাখিরে, চিঙ্ঙু পল্দাল্খিবে। কেগে তিক্তইবী, মোইবাং তিক্তম্ব, কোংসিবী কোংসিব, থিংনোংখু থিংনাংহল্, পাসিখু পাসিহল্, থৌখুবী থৌখুহল্, হল্ব কোক্চাও, হল্নু লৈখম্বন হায়জরক্য়ে। কেগে নপু লম্বু কুম্লক্রো, মোইরাং ইনিংথৌবু রোইবীরো। কেগে চংবা হায, মোইবাং নুবা তেম্ন সাবল্ লাল্থোঙ্ সীল্নদি কংলা পরিং লাইবা তম্বীবো হায়জবক্য়ে হায়ন পাওমেল্ খোল্গিবু চিঙ্ঙু ঙাংলেল্ ঙাংচাওবনদি ইবোয হাওব নঙ্ হাল্ন কেগে ইপা লম্বু, মোইরাং ইপু লম্বু করম্ তৌবনো যেংলুরো হায়ন থৌসিখিয়ে।(৪৬) মবোয় হাওব লৌসিংবন লম্লেল্ কারাং চিঙ্, ফেৎলাং চিঙ্দ কৌব য়াবেক্লম্য়ে। হয়েং কৌব চিঙ্নুং সোয়রবদ, কেগে লয়বোল্ তবেৎ য়াংদই থাবু ইল্দাল্খিরে। মোইবাং লযকোই পুঙ্দ রাইথুলেুরে। কেগে ঙাংখ ময়ায থায়ন মিৎয়েং সান্থাইববু কেগে চাওদুম্ চাও, মোইরাং সাংদুম্ সাংয়ে হাযন থিংলও নিঙ্ন তেরক্লে। খোইয়ুম্ সনা মখোঙ্

---

কেগেগি নচা নসুনে, মোইরাংগি চাদা নাওদানে। কেগে লয়বাক্ত ঈথিং পন্থিংজব লয়বাক ঙাক্পনে। মবাক্ ময়ুং চাও-সাবে কেগে মোইরাংগি নিংথৌ খোয়রী হাইবন পান্ব মফম্, ফম্থৌ নিংথৌ থোংলেম্ম লৈব মফম্, ইংন-তপ্ন পান্ব লয়বাক্কি নিংথৌ চোথে থাঙ্বায় পাখংবদি মাগি লয়ম সুনু লেম্বীগ লোয়নন নোংগাখরে। লাই লৈপাক্ তান্থবে। কেগেগি মতিক্ লৈব, লৈবী, মোইরাংগি মতিক্-মঙাল্ লৈব, অসিংবে-অসিংবী, নহা-অহল্, লয়বাক্কি থবক্ পূব পুন্নমক্ক হায়জরক্ঈ। নপা নপুগি লম্ কেগে মোইবাংগি নিংথৌ রোইবীরো। কেগেদ বায়েন্বীয়ু, মোইবাদে বাতেম্বীয়ু। মোইরাংদ লয়বাক্ ঙাক্নু, বায়েন্ থৌদা তৌদুন লৈবীরবো হায়জরক্ঈ হায়ব অসি তারবদ ইবুংঙো কৌব অঙাঙ্ঙা, ঙাংলেল্ ঙাংচাওবন মাগি খোঙ্লুপ্ হাওবনু মপা মপুগি লম্ মোইবাংবু কবম্ তৌবনো হায় য়েংলুনব হায়থরে। (৪৬) মাগি খোঙ্লুপ্ অসিংবে হাওবন কারাং হায়ব হায় থেংনব চিঙ্দ অহিং লেক্লে। মথং নোং ঙান্নবদ লয়কাই তরেৎ থায়ন লৈন কেগেদ লাক্লে। মোইরাং লয়বাক্ত থুংলে। কেগে লম্ ঙাংখগি ময়ায়দ চংদুন য়েংববু কেগে মোইরাংগি লম্সি চাওরে হায়দুন হন্নক্লে। নিংথৌগি সনা নাক্ য়ৌবক্লে। হে ইবুংঙো অচৌব নিংথৌ, ইবুংঙো নঙ্গি সনা য়াথংবু

খাদ বাইখুংলবগ হে খোইমোম্ নামুংবরো চিঙ্গু কোন্লোই নয়াথংবু মালেম্ লয়দ তাফদ, কোরও নোংগাফদবগি চইবই ফিখাও সান, তাঙ্জ লুদ থোংনে নসানৌ অয়ন মোইরাংগি লম্দম্বু য়েংলুববু কেগে চাওদুম্ চাওয়ে, মোইরাং সাংদুম্ সাংয়ে। চেংলও মিংপু লংনদি নুংয়োন্ পুক্নিঙ্ ছয়য়ে। কেগে লয়কোইবেল্দসুঙ্ খুংতম্ম লৈবতৌন চিঙ্গু নতিক্ন, খোইয়িম্ নপানব মহাক্নে হায়ন পাওদম্লবদ খোইয়ম্ কৌবরেল্ অঙাঙ্ঙান পাওমেন্খিয়ে।(৪৭) ইপাবী মঙামক্বো, কেগে ইপা লম্বু, মোইরাং ইপু লম্বু ইন্দাল্লসে হায়ন ইখী চাওরা মপাল্ ফুক্, ফুংগা থিক্পী মফম্ হোংনে খোঙ্গাঙ্ কেবাক্ মফম্ তাওন কৌব মচিঙ্লেল্দগি য়াম্লাই ছম্মাই মাইরেঙ্ হওন, থোম্ব চোঙ্লেল্ ইলেল্ খাল্, চপ্থাঙ্ য়ারোঙ্ ফান, মইবুন্ হাইজাও থাল্নদি কৌব মচিঙ্লেল্দগি খুনকুম্লক্লে। থৌদু নুঙ্খন্ তোল্নাল্ সা, য়াওবও সাজিতেং অতেংববু য়াংলও লম্চিংনন মপাবী খোইনাই অহল্ব, খোইনাই ইম্থংব, য়ুকোক্থোং য়ায়মব, ইরু লৌথিব, নওরুম্তোল্ অতোল্ব মপারী মঙামগ মবোয় হাওব লৌসিংব যাওন নমু পোংখুম্ তরুক্ তিল্, খান্লয় তরুক্ নোংসা সান, লোইযা ঙাল্দুম্ ঙাল্, লোইজিঙ্ নিল্দুম্ নিল্ন কেগে খুন্দাবক্লবদ চিঙ্গু লাইফাংথৌ মাপল্,

---

লৈপাক্তা তাব য়াদবন অমদি অরেম্বদ তাব য়াদবন, ফিগাও সান, কোক্ত থোংনে ননাই অয়ন মোইবাংগি লম্ য়েংজরুববু মোইবাংদি পাক্-চাওবম্মে। মিং থরু পুক্নিঙ্ হুন ফজে। কেগেদ খুদম্ অম লৈবদৌন ইবুংঙো নঙ্গি নতিক্ চাব, নিংথৌ নঙ্গি নপা চানবনে হায়ন পাও তম্লে। লাইগি নিংথৌ কৌরুগি মচা অঙাঙ্ঙান হায়খি।(৪৭) ইচাসা নখোয় মঙামক্ ইপাগি লম্ কেগেদ, ইপুগি লম্ মোইরাংদ চংলসি হায়দুন য়ুম্ সিদুন, উখোঙ্ ফুক্ন, ফুঙ্গা ময়ফম্ হোংদুন, মী ফম্ফম্ কা, পোংথাফম্ হোংদুন কৌরু চিঙ্দগি মীয়াম্ন হমাই থৌগল্ তৌদুন, পে মথোন্ নাইব খান্দুন, থাঙ্ পায়দুন ঙাক্ সেন্ন, মযবা চাওন থান্দুন মোইবাংদ লাক্লে। নুঙ্ন পল্ খাবওম্, মরুপ্ পুব সান সায়াম্বু লম্ চিংদুন পুবওম্ন মচা নুপা খোইনাই অহল্ব, খোইনাই ইম্থংব, য়ুকোক্থোং য়ায়মব, ইরু লৌথিব, নওরুম্তোল্ অতোল্ব মপারী মঙাগ মাগি খোঙ্লুপ্ লোইনব অসিংব হাওবগ য়াওন মীপুম্ তরুক্, মীসক্ তরুক্ তিন্নন, লওফম্ তরুক্কি লম্ ঙান্ন, মনিঙ্গি চিঙ্খোঙ্দ মঙাল্ চাওন, নোংচুপ্ থংব চিঙ্গি লম্দ নিল্-খোংনে কেগেদ খুন্দাব লাক্পদ লাই নুপা মাপল্, লাই নুপী তরেংক পুন্ন অবাংবদগি ঙাইদুন য়েংলম্মে। কেগেগি লম্নদি কৌনব, কম্বোংনে

খোইয়ুম্ লাইনুবা তবেৎমগ পুন্নমন কোবও নোংলোল্ থঙদি ঙাইন য়েংলম্‌য়ে। ময়িম্ কেগেন মিংগৌনয়ে, কম্বোংনদি তেংথানন খোইয়ুম্ লাইবু কৌবদি নোংলোল্ থাঙ্‌বো কৌবো। অদু নোংগিবু মকোই নোংলোল্ পাইবো কৌয়ে। কৌব অঙাঙ্ঙান কোবও নোংম তঙাবু ফাইন তবেৎ সেলবু য়াল্লম্‌য়ে অদু নোংগিবু ফাইবী তেরা থাঙ্‌তুপ্‌পোক্, তরেৎ সেল্‌য়াল্ পুঙ্‌বো হায়দবরা।(৪৮)

হয়েং কৌব মনোং সোইববগ কেগে মপা লম্বু ইন্দাল্লক্‌লবদ বাইব সা, হুয়েল্ লাল্বু বোক্‌নরগববা হায়নদি সোন্নম্‌মে। অদুনোংগিবু হাওকু লাল্‌সোল্‌বীবো, উয়ুঙ্ থাঙ্‌চেংপোক্‌বো কৌয়ে। লোল্লোইচা য়ায়দ পুন লোইয়া লম্‌সাং ইল্‌ন লোংঙা ঈচিক্‌সি ঈকাংকও, লোইয়া কাংগমুং তোংববু ঙম্‌বোন্ নাতৈনন লোইয়া লামজাও ফৈন সমন নোংবাল্ নওথোংচাও, থোংজাও লাইরুক্‌লেল্, লাইমিংখু কুম্‌নরম্, লাইবাংলা, বাংলা তোল্‌নরম্, খুবোয হাওরা লুম্‌লাংতোংবু কাল্‌ন চোং, তাওরা খোইজুমাল্বু ফৈন সমন কেগে বোক্‌নবেল্, মোইবাং নিংথৌখোংবু য়ৌরবদ, মেন্দে লীসিঙ্ খা, মেন্দাং নুঙ্‌গাই চিঙ্‌গি খুযোল্ লেম্বনসুঙ্ চিঙ্ঙু ঙাংলেল্ ঙাঙ্‌সাবন কেগে খুনকুমলক্‌পবু নাতাববগি কেগে ইপাচা, ঙাংঙোই ঈয়েল্লুনে অযসুঙ্ হয়না মতুং ইল্‌নদুম্ ঙাইবোইনচেম্‌গে হাযনদি ইন্দাল্লক্‌পবু কেগে বোক্কবেন্দ কৌব যোযয়োইজবব মচাও কা। অদুসুঙ্ মদোম্‌দে। কেগে পাফঙ্‌থৌ মোইবাং পুফাংথৌ অবেম্বসিংসু নাতাববগি হনব কোক্‌চাও, হল্‌নু লৈখম্বন চিংন পাথৌ খুল্‌কামথৌ অহল্‌বসুঙ্ য়াউন কেগে পুম্‌ন হপ্‌ন, মোইবাং

---

হায়নবদি লাইবু নোংলোল্ থাঙ্ কৌবি। অদুগিদমক্ মকোই নোংলোল্ পাই কৌবি। কৌব অঙাঙ্ঙান মফম্ অদুদ নোংমথক্ ফাইদুন লৈবম্বদ সেনবুঙ্ য়াল্লম্মে। অদুদগি ফাইবী তেরা থাঙ্‌তুপ্ পোক্, তরেৎ সেন্‌য়াল্ পুঙ্ কৌবি।(৪৮)

মথং নোং ঙাল্লগ মপা মপুগি লম্ কেগে য়ৌনব লাক্‌পদ সা-লাল্বু থেনেগববা হায়ন সোন্নম্মে। অদুগি হাওকু লাল্‌সোল্‌বী, উয়ুঙ্ থাঙ্‌চেং পোক্ কৌবি। লোইনরক্‌প মীয়াম্বু ময়ায়দ পুদুন মনিঙ্ চিঙ্‌গি লম্‌সাং ইম্ন লোংঙা ঈচিক্‌সি, ঈকাংকও, চিঙ্‌য়াদ তাব কাংঙমুংগি লম্বু লান্‌থোক্লগ, লম্‌জাও অদুবু ফৈন সম্লগ অঙোম্‌গি লম্ থোংজাও, থোংজাও লাইরুক্‌লেম্বগি মচা মনাইন খুন্দাব মফম্, অঙোম্‌গি লাই বাংবন লৈব লম্, খুরোয়ন খুন্দাব লম্মাংদোং লান্‌থোক্লগ খোইজুমানবু সমদুন কেগেগি লম্ বোক্করেল, মোইরাংগি নিংথৌখোং য়ৌরবদ মেন্দেগি খুন্‌খা, মেন্দাংগি নুঙ্‌গাই চিঙ্‌গি মী খুয়োল্

পাক্ন তাইন, লেম্লয় ঙাথোঙ্ হল্, লৈরাং খরাই সেমন সিঙ্লেল্ নুদ থোংনদি লম্রোক্লববু লেম্লয় ঙাদি তাবওরে। অদু নোংগিবু থোংজাও খরাইমাঙ্, লেম্লয় ঙাবা তাবো কৌয়ে। অদুসুঙ্ মদোম্দে (৪৯) অসাইঙইগি কেগে মোইবাং নিংথৌ চোথে থাঙ্বাই পাখংবসুঙ্ কোবও নোংগাখি, চিঙ্ঙু পল্দাল্খিবসুঙ্ তান্লোই মরুম্বী মোইবাং লয়ম সুনুবেম্বীগ কোবও মথোঙ্জিন্দই, বাঙ্বল্ মরাক্ চিন্দগি সিঙ্লেল্ রোন্দেরক্ লৈরাং হল্বাইরক্লে। কোম্রোই মমিংথোঙ্সুঙ্ চাওন সাংন তারক্য়ে হায়দববা। অদুনোংগিবু থিঙ্কবি নাচৌব কৌয়ে। নিংথৌ থিঙ্কবি নাচাওবসুঙ্ লাক্লে হায়দববা। লাক্লে হায়ববু নাতাববগি কৌব অঙাঙ্ঙান পাওমেন্খিয়ে। কেগে ইপাচা ঙাংঙোই ইযেল্লু সিংবো তারববা কেগে ননিংথৌবু কোরও মথোঙ্জিন্দগি হল্বাইবক্লে। চিঙ্ঙু অয়দি কৌব ইচিঙ্লেল্বুদি হল্বাইখিবগে হায়ন পাওমেন্ববু পাথৌখ্ পাথৌহল্ অনীমন পাওখুম্লক্য়ে। হাযগনুদ লোইয়ম্ কৌব অঙাঙ্ঙাবো নঙ্সুঙ্ কেগে ইনিংথৌ মহাক্নে। খোইয়িম্ লাইনদি য়েল্লসুনো। কেগে লয়কোইবেল্ চিংমাবাব, থিঙ্লও য়াতোল্ থোংন তৌখঙ্ব পুঙ্, ময়ায কোইবেল্ সনা ফম্বাল্ লাংদ চিঙুন লেম্ন নপিংঙা ফম্মনরো।

---

লেম্বনসু নিংথৌ কৌব অঙাঙ্ঙা ঙাংলেল্ ঙাংসাবন কেগেদ থুন্দাবক্পবু তাববদ কেগেগি মপা-মচা, ঙাংঙোইগি মপা মপুনে অয়সু মতুং ইন্দুন চংলগে হায়দুন লাক্পবু কেগেগি রোক্রবেন্দ কৌব অঙাঙ্ঙাগ খোঙ্লুপ্ রোইরে। অদুনসু লোইদে। কেগেগি মপাসিং মোইবাংগি মপুসিং মতিক্ লৈবসিনে তাবদগি অহল্ অমল্, মরুপ্ মপাং অহলসিং য়াওন কেগে হপ্ন, মোইবাং পাকৃতন্নন চাক-ঙা পুবক্রুন, লৈ লুক্মাইদ হাপ্তুন রোক্লে। ঙাদি তাহৌবে। অদুদগি থোংজাও খরাইমাঙ্, লেম্লয় ঙাবা তা কৌবি (৪৯) অদুনসু লোইদে। ঙসাইগি কেগে মোইবাংগি নিংথৌ চোথে থাঙ্বায় পাখংবে লাইরৈবাক্ত কাখিব, সিগ্রব নিংথৌ অদুসু লাইবৈবাক্তগি হল্লক্লে। মমিংসু চাওন সাংন কৌবক্লে। অদুগি থিঙ্গি নাচাওব কৌবে। নিংথৌ থিঙ্গি নাচাওবসু লাক্লে হায়ব তাবদগি কৌব অঙাঙ্ঙান হায়খিয়ে। কেগেগি ইপা-ইচা, ঙাংঙোইগি অহল্-অমল্ পুন্নমক্ কেগে নখোয়গি নিংথৌ নোংগাখিব অদু লাক্লে হায়ব তারবরা। নিংথৌ অয়দি অয়গি লৈফম্ কৌত্রুদ হন্ত্রগে। মদুদ মরুপ মপাং পুন্নমক্ হায়খি। হায়বিগনু অয়খোয়গি মপু রোইব নুংশিজব ইবুংঙো অঙাঙ্ঙা নঙ্সু কেগে অয়খোয়গি নিংথৌমকনে। মসি লাইন বায়েন্সনু। কেগেগি অথোইব লম্, রোক্ ময়া থোক্পওম্ব, তোম্থিল্ ঙানব লম্ অসিগি

সারেল্ যেৎলম্ থংবন কেগে ইনিংখৌবু রোইবীরো হাযন পাওমেল্ খোল্গি কৌব অঙাঙ্ঙাদি ইপাবি ৰাকৃলেল্ তোংয়াইগি চিঙ্খোঙ্ য়াইমব খোইনাই ইম্থংব নঙ্গ নসানৌ ইরু লৌথিবগ নপিংঙাদি কেগে খুন্কুম্লুবো, মোইবাং খুন্দারুবো।(৫০) নপল্ অয়দি নসানৌ নসাবী খোইনাই অহল্ব, য়ুকোক্খোঙ্ য়াইমব, নওরুম্ অতোল্ব, মবোয় হাওবসুঙ্ মপাবি খুন্কাম্ অহন্বগ তোবা অতোল্বগ য়াওন অবাং কৌব ইচিঙ্লেনবু হল্বাইখিরগে হায়ন কেগে মপাচা মোইরাং ঙাঙ্ঙোই ময়েল্লু মসেল্বু তেক্পী বোক্পুক্ ফাৎন, কাইরই য়েন্খা সেৎন খুয়োল্ য়াংব মখোয় মসেল্বু তিন্নন মেন্দুম্ মেন্নবম্মে। অদু নোংগিবু কেগে বোক্নরেল পুক্ফাৎ সাপই লও, কাইরই য়েন্খা বও, খোইনাই তাইবী লওবো তৌন কৌয়ে হায়দববা। কৌব অঙাঙ্ঙাদি মোইবাং থংনবেল্দগি হল্বাইলম্য়ে। মপারী খোইনাই ইম্থংব, ঈরু লৌথিব অনীমদি খুয়োল্ লীতম্বী, লীতম্ব, হল্ব কোক্চাও, হল্নু নৈখম্ব অনীমন মইরা হাইচাও থাল্নদি থৌজান্ লীতিন্নন সমু পাল্লোইনন খাল্লৈ নোংসান, থোন্ব ইন্লেল্ খান্ন কেগে ঙান্খা মযায় খাযন মোইবাং থাঙ্ঙ লয়কোই পুঙ্ অসিদ ৰাইথুংলুবে। (৫১)

অসাইগি কোবও মখোঙ্জিন্দগি হল্বাইবক্প থিংকরি নাচাওবসু কেগে

---

ফম্বাল্ অসিদ চিঙ্-লেম্ন নবান্নি ফম্মিন্নৌ। য়েৎ থংবন কেগেগি নিংথৌ রোইবীয়ু হায়বদগি কৌব অঙাঙ্ঙাদি মান পোক্প মচা য়াইম খোইনাই ইম্থংব নঙ্গ ননাও ইরু লৌথিব নবানিন কেগেদ চৎলো, মোইবাংদ লৈরো হায়রে।(৫০) নপা অয়দি নয়াম্ব ননাও খোইনাই অহন্ব, য়ুকোক্খোং য়াইমব, নওরুম্তোল্ অতোল্ব, মাগ লোয়নবক্প হাওবসু মচা নুপা খুন্কাম্ অহন্বগ তোরা অতোল্বগ য়াওন অয়গি লম্ কৌরুন্দ হন্খ্রগে হায়দুন কেগেগি মপা-মচা, মোইরাংগি অহল্ অমল্ পুম্নমক্পু বোক্-য়েন্ চামিন্নদুন খুয়োন্গি মপা মপুসিংগ তিন্নদুন পুক্মেন্ পাওমেন্নরে। অদুগি কেগে রোক্নরেল্ পুক্ফাৎ সাপই লও, কাইরই য়েন্খা লও, খোইনাই তাইবী লও হায়ন কৌবি। কৌব অঙাঙ্ঙাদি মোইরাংগি থংনব্রেন্দগি হন্নকল্মি। মচা নুপা খোইনাই ইম্থংব, ইরু লৌথিব অনীমক্তি খুয়োন্গি মপা মমা সক্প নুপা নুপী অহল্ অমল্ লয়বাক্ ঙাক্পসিংন ময় থান্দুন, ময় রোজুন নুংসি চান্ন তৌদুন, মথুৎ সমদুন, নুংসা খান্দুন, পে মখোন্ নাইব খন্ন কেগেগি ঙান্খ লয়কাইবু ময়ায় সমদুন মোইরাংদ থুংলে।(৫১)

ঙসাই লাইরৈবাক্তগি হন্নক্প থিগ্নি নাচাওবসু কেগেদ থুংলব্রে। কেগেগি লয়বাক্

লয়কোইরেল্‌দসুঙ্ বাইথুংলরে। কেগে পাফঙ্‌থৌ পুম্নমন বাহায় ঙম্‌য়ে। কেগে ইনোংথৌ থিংকবিনাচাওবরো নঙ্‌ন কোরও নোংকাখিরিঙই চিঙ্‌জু পল্‌দাল্‌খিবগি দম্‌মক্‌পু কেগে লয়কোইবুঙ্ অসিবু মোইবাং ফম্বাল্ হাঙ্‌লে। কংলা পরিং বাতেম্বীববু নৈতববগি নদাইবেম্ ইখোযবু ইন্‌খোঙ্ লীগুম্ সোইনরে, হংগেল্ সাচিং নাইববগি কেগে নুংবাল্ ইপাচা ময়েল্‌লুন অবাং কৌব মপু নিংথৌচা অসিবু কৌব মচিঙ্ লেন্দগি কেগে ইনিংথৌবু বোইবীরো হায়ন পাওথেম্ ঙম্‌য়ে। মোইরাং নবম্ অসিবু নুমিৎ অনী থোক্‌পগুম্‌ন, থবী অনী পাল্‌লো। বাক্‌য়য নপিংঙা খাচিক্‌ন, তোংচেং অনী খাবাংনন কেগে লয়কোই অসিদ ফম্বাল্ য়ায়দ লাংনদি ফম্‌মন বো। সাবেল্ যেৎলম্‌দি তাবন কেগে ইনিংথৌবু বোইগে হায়জ খোল্‌গিবু অরাং কৌব মপু নিংথৌচাগ কেগে থিংকবি নাচাওবগ অনীমন খুজেং হাংচি বাইন সমু পাল্‌লোইনন ফম্বাল্ য়াকাখিববু খোইয়ম্ লাইন চুম্নবগি কৌব মপু নিংথৌচাদি সমু বোইবম্ ফম্‌লুবে। কেগে পাফঙ্‌থৌ উফম্ তুচিল্‌ব, খবাই লুক্‌তম্ চাব পুম্নমন পাওনেল্‌জাখিয়ে। কেগে ইনিংথৌ কৌব মপু নিথৌচা নঙ্‌সুঙ্ তুবেল্ বাংম নিংথৌ বাংম নহা লিক্‌তাং সাংববু বোইবীরো। কেগে ইনিংথৌগ কাওবেল্ পাংদ অনী মাল্‌বী চিনম্‌দববু পুমবাপোৎপু কাইনদ, ইন্‌খোঙ্ পৌবা লীগুম্ সোয়নদ, হংগেল্ সাচিং নাইদন কেগে চৎবা হাযন, মোইবাং নুবা তেম্‌নদি মোইবাং নুবা তেম্‌মন বো,

---

ঙাক্‌প পুম্নমক্‌ন হায়জবম্মে। কেগেগি নিংথৌ থিঙ্গ্রি নাচাওব নঙ্‌ন লাইবৈবাক্ত নোংগাগ্রিঙইদ, সিগ্রবদ কেগে মোইবাং লয়বাক্ অসিগি ফম্বাল্ হাঙ্‌লে। লয়বাক্ অসিগি বায়েন্ থৌদা তৌবিনব লৈতরে। লয়বাক্ ঙাক্‌পীন লৈত্রবদগি ননাই অয়খোয় পৌরা লীজাও তৎপগুম্ মপু পান্দরে। হঙ্গেন খোংজিদ ইল্‌ন ফাজিন্দবগুম্ পাংসোই নাইন লৈরবদগি কেগেদ লৈব লুবাংগি ইপা ইপুন কৌক্রগি নিংথৌ মচা অসিবু কৌক্র চিঙ্‌দগি কেগেগি নিংথৌ বোইবীরো হায়জরুইয়ে। নঙ্‌গি নরম্ মোইবাং অসিদ নুমিৎ থোক্‌পগুম্ন পান্‌বীয়ু, হি অনীন নরুন হোন্‌বগুম্ কেগে লয়বাক্ অসিগি ফম্বান্দ কাবিয়ো। য়েৎ থবেন কেগেগি নিংথৌ বোইজগে হায়জবদগি কৌক্র নিংথৌগি মচাগ কেগেগি থিঙ্গ্রি নাচাওব অনীন খুৎ সম্নদুন ফম্বাল কাখিববু লাইগি নোংদম্‌ন কৌক্র নিংথৌ মচাদি বোইরোম্‌দ ফম্‌লুরে। কেগেগি লয়বাক্ ঙাক্‌প বায়েন্‌বসিংন হায়জখিয়ে। কেগেগি নিংথৌ কৌক্র নিংথৌগি মচা নঙ্‌সু তুরেল্ বাংমদ, তুরেল বাংমগি বায়েন্‌ববু বোইবিরো। কেগে নিংথৌগ সল্ পোৎপা অমন অমবু কাইনদব সল্‌গুম্, ইন্‌গি হংগেল্ খোংজি সোয়নদব ইন্‌গুম্

হায়ন অসুমন খুরুম্লবগ কেগে থিংকাব নাচাওবগ লোইয়ম্ ঙাংঙোই অহোঙ্ব কৌব মপু নিংথৌচাগ অনীমদি পুক্নিঙ্ পাঙ্সোই নিক্তন, উন্বী পুক্মান্নন, থৌজাল্ ঙাইবোয়নন, হাউচেং লৈগুম্ মচেঙ্ হক্ম বোইন কেগে হায়মন্ন খাবও লাইরও লান্মনৈয়ে। কংলা পরিং লাইবা তেম্মনয়ে হায়দববা (৫২)

কেগে মনিল্ নাইন মোইবাং মরাঙ্ হওনদি মপা লাইবু থৌকাওদন, মপু লাইবু বানিল্দ, য়োয়বু খোইমোম্ লাইবেম্ম, খাইচঙ্ লয়ম হন্বী, ঙাংখ লয়ম মিথ্চুম্বী, পুইদিং নুবাবী, কোপ্রোই সিল্পাল্ পুন লাঙ্হে সিল্তিল্ন, তিংখং মইফু তাও, খান্না খেক্তও হও, মচেৎমনদি লাইজ পাসানব উসিঙ্ন, মবৌ পোল্হাইন, তান্থোঙ্ লেম্থোঙ্ মবিমবু খম্ব লম্, উকাক্ লাগ থা, লাখায চায়েন্ হেন্থোইবীবু অয়াঙ্ লম্হওরে হায়দববা। চিঙ্থি পুম্লেল্ লাৎ, উবী সিঙ্কাই নেম্, চিঙ্লোল্ তম্লোল্ তুন শোইয়িম্ লাইথোঙ্ খুদিংবু কোবও লন্সাবে। (৫৩) মদাইরেম্ থিঙ্গোল্ মোবী ফৌবীয়া চা, লাংজেং লাংমইব, মঙ্থী মংলাং চুম্ব, মঙ্পোৎ মঙ্তাংচা তাংয়াবন খোম্লেল্ মঙ্দ ফাওববু বানিল্দ, খুল্ মচেৎমন সাকু, লি,

---

লয়বাক্ ঙাক্মিন্নৌ হায়জববদ কেগে থিস্ত্রি নাচাওবগ মবুংঙো ঙাংঙোইগি নিংথৌ কৌব্রু নিংথৌগি মচাগ অনীন পুক্চেল্ খোইজেল্ মান্নন নুংসি হৈব মিৎয়েংগ লোযনন, লৈখোক্ অমত্তদ সাথমিন্নব লৈগুম্ব কেগেদ লয়বাক্ ঙাক্মিন্নদুন নুংঙাইন পান্মিন্নরে। লয়বাক্ বায়েন্ তৌমিন্নরে।(৫২)

কেগেদ মতিক্ মগুন্, মঙাল্ নাইন, মোইরাংদ মথুম্ মবাঙ্ হওন, হবাউ তয়াম্ন, মপা মপু লাই বোইবসিংবু কাওব লৈতন ঈরাৎ থৌনি তৌদুন ইবেম্ম ঙাংঙোইগি লাইবেম্বী, ঙাংখগি লয়ম মিথ্চুম্বী, ইবক্কি মবেম্মবু লৈসী লৈথোম, চহী লেপ্তন, য়েরু-তিংখঙ্ লৈতন, লয়কাই পাক্ সান্ন, লয়কাই মচেৎ অমন ঈসিংদ তৌব থৌরম্ মসিঙ্ সুন, লওবুক্ত তৌব থৌরম্ তৌদুন, খা-বাং, নোংপোক্, নোংচুপ্ মাইকৈ মবিন কোয়ব লমবু পরিং পথাপ্ পীদুন, নুংঙাই য়াইফম্ব পীবী লাইরেম্বীবু হয়কৎ-লৈকৎ তৌরে। উ-বা, নাপী-সিঙ্বী সেংদোক্তুন চিঙ্ খুরুম্লে, চিঙ্ তম্ পুম্নমক্কি লাইবু, লাইথোঙ্ খুদিংদ অথেন্ পোৎ কৎলে।(৫৩) নিংথৌ মনাই থিঙ্গোল্জম মোবী ফৌবীয়াগি মচা, মাইব মচা, মঙ্দাব হৈব, মঙ্দাবন মথৌ বোইব তাংয়াবন মঙ্দাবদ হায়বগি মতুং ইন্ন খুল্ মচেৎ অমন চম্ফু, চম্ফুমচা, হংগেল্ (ফৌবোইবী) লাৎলে। কেগে লম্ মচেৎ অমন লওকুম্ লওকা (পানথোইবী) লাৎলে। মোইবাং মচেৎ অমন ইপুঙ্ লমমুঙ (লমলয়ম) লাৎলে। লম্ অমন

হংগেন লাৎলে। কেগে মচেৎ মনদি লওকুম্ লওকা লাৎলে। মোইরাং মচেৎমন ইপুঙ্ লম্সুঙ্ লাৎলে। মচেৎ মনদি হীরেল্ চাওরেল্ লাৎলে। কেগে মচেৎ মনদি নুমিৎ তোম্চেৎ লাৎলে। মোইবাং মচেৎ মনদি ইম্সা লৈনা থংলম্ লাৎলে। কেগে মচেৎ মদি মোইবাং পোংথৌ লাৎলে। মোইবাং মচেৎ মনদি থাঙ্গলক্ কারাং, বোক্খু লোয়ন থেংঙম্দ, কাউবেল্ সল্কু লোয়ন কাঙ্মদব চিঙ্বু ঈরাল্ তাম্লগুনুসে, পোইবে সনা পুঙ্, ময়ায় সুম্দোং পাল্ লাংগোই সাবোক্ পুঙ্, সনা চংলইবেম্, লুপা থেল্মাই লাংন পান্ফব পুঙ্, সিৎন তান লল্লেম্ব, খাল্ন তান লল্থোইব, সেবি মখোঙ্ পান্দবন চৎসিল্ বায়, মুংফি মসা পান্দবন পাইসিল্ কোল্, তুবী অঙনব ইসেল্গি, লাইবেল্ অবেম্বন ইম্চঙ্নফম্ কোল্, মইদিংঙু লাইবেল্ পাখংবন চিনাই কোল্, খুদই চিন্যান ফম্, লাই সারান খাইরক্ কোল নোংদা লাইবেল্ পাখংবন ফম্দোং খোং, অচাওববু ঙম্লোয়নন কংলই ইচিঙ্ফম্, খোযবী নানম্ বায়, হয়চেং লোযনাই চাক্ম বায়, তাঙ্লম্ লোইনায়ন য়ুসিল্ বায়, মচেঙ্ কাইবই নুমালবন সাবেল সাসিল্ বায়, লেম্লয় ঙা, ঙমু পাংলাং মইন কৌবও নোংবু পাংন য়েংব লম্, মোইচু নহা অকন্বন হান্লোং খোং, নোংজেং চা ময়িব তল্ন লম্, মখিয়া সল্ নাবাযব কান লম্, খাব নোংজেংবগ কেগে মোইবাং চাওব মেল্লৈব, সৌবোল্ সানও ঙম্বগ অনীমন লেম্লয় ঙা অকুম্ সোযবু সোয়

---

হীরেল্ চাওরেল্ (হীবয়ম) লাৎলে। কেগেগি লম্ খবন নুমিৎ লাৎলে। মোইরাং খরন য়ুমগি লাই লাৎলে, কেগে লম্ খবন মোইবাংগি মপা মপু লাৎলে। মোইবাং খরন থাঙ্গ-কারাং বোক্ন যৌব ঙম্দব, সল্ সঙ্কন কাব ঙম্দব চিঙ্সি লাম্লগুমসি ময়তে লয়বাক্, পুন্নমক্কি ময়ায় বোইব লম্, সগোল্ থোক্পা লম্, সনান ময়ুং কাব, লুপান মযেল্ বোইন পান্বে লম্, চান থক্নব বাত্তব মফম্, পীজ পীথক্ তৌবন অথোইব বোইব লম্, লল্ লয়মন লেৎসিন্বীবক্প লম্, মখোঙ্ পান্দব খুজাইন মতোম্দ চঙ্জবক্প লম্, মসা পান্দব ফিদ মতোম্দ লাক্চব মফম্, অচৌ-অসাং অয়খোয়ন লৈনব মফম্, ময়তে নিংথৌ পাখংবন মতিক্ মঙাল্ নাইন পান্ব মফম্, ফি থোক্প মফম্, লাই সাবান লাক্প মফম্, নোংদা লাইরেল্ পাখংবন ফম্বাল তোংব খোং, অচৌ-অসাংগ লোয়নন মীয়াম্গি চংজফম্ বোইব মফম্, ভপ্ন ইংন পান্ব মফম্, চাব থক্প বাৎতব মফম্, পীজ পীথক্ ফব মফম্, ঙা মবাং কায়ন ফংব মফম্, অকন্-অথৌন লৈব মফম্, নোংজেংবম্ মচা ময়িবন লম্দাম্ব মফম্, মতিক্ লৈব মীন তিমফম্, খাব নোংজেংবগ মোইবাংগি মৈরেব, সৌবোল্ সানৌ ঙম্বগ

মুন্নব মবম্‌থই, খাব নোংজেবগ মপারী সংগাইতোল্ অহল্‌বগ, মমোম্ কাঙ্‌গম্ ঈচুবীগ মখোয় অহম্মবু থম্‌গোল্ কারোং বোই, ফুংগা লোঙ্‌জুম্ বোইন নোংমল্ বায়, খাব নোংজেং থক্ত অসৈ তেবী সৈদা বায়বু নাতৈনন ইরাল্ ঈম্‌কা তম্‌লসে হায়নদি মরুম্বী লয়ম লাইরোক্ লেম্বীবু ঙাইবোয়ননদি কংলয় পুঙ্‌মযোন্‌বু ইন্দাল্‌লক্‌লে।(৫৪)

লম্‌লেল্ মদাইম খুবাং লাংমইরেম্বন হোঙ্‌নেম্ চিঙ্, খোইনৌ লাংথোই চিঙ্‌বু নম্‌দ হল্‌ন লম্‌লেল্ খেন্‌তাও পুঙ্, কোঙ্‌য়াঙ পোক্, নোংসা থম্‌বু য়োংথোন্‌ন হুইতাবাওবী লম্‌নুংসি, বাংথোল্‌বী সাকৎ লম্, তাক্‌লেল্ নুংথেল্ ঈ, লয়কন্ তোংসং ঈবুদি বোয়বোইন, মদু তোল্‌ন কোইব লম্, সাযান্ পল্‌মই থাবুদি ঙম্‌লোল্‌নন, খুবাই যাংলও লম্‌সাং ইল্‌লক্‌লে। য়োয়বু খোইমোম্ লাইরয়মগি মসানৌ সনা লোক্‌লাং লয়ম য়াইফবী,তিল্লাং হাৎসিং লম্‌বু কান্‌ন চোং, খুবাই তাখোম্ থোং, খুবাই সেল্‌তোল্ পল্, লম্‌লেল্ লয়ঙাঙ্ হা নোংচুপ্ বাংগোল্ মল্, মখি লওথোং পাক্, নুবাবী লাংলেল্ কোঙ্‌য়াঙ্ বাপুরম্, পাথং হুয়েল্ চিঙ্‌গাবম্, থোংনাং কপল্‌লাইব লাংগোই সাতিক্ লম্ খম্‌লাং মোইকাই চিঙ্,মুংতিঙ্ কংগ ঈ, খুবাই তাখোম্ থোংবু ফৈন সম্, থাঙ্‌ঙা কইথেল্ লেল্‌বুদি কাল্‌ন চোংন, য়োয়বু কোল্‌লোয় লয়ম মকাইফম্‌বু য়ৌববগ, ময়ায় লোল্‌লেম্ লাইনা পাংন চিঙ্‌খোঙ্ সুম্ব কেকরু পল্, কাসল্ সল্‌কৎ লম্, লম্‌লেল্ তেল্‌তোক্ লেল্, তেল্‌ফম্

---

অনী অকুম্ সোয় মুম্নব মফম্, খাব নোংজেংবেগ, মচা নুপা সংগাইতোল্‌গ মচা নুপী কাঙ্‌গম্ ঈচুবীগ মখোয় অহম্‌ন ফুঙ্গা নুঙ্‌দুম্ সান সিব মফম্, খাব নোংজেংবেবু সোন্নব মফম্‌দ হোংলসে হায়দুন মাগি লয়ম লাইবোক লেম্বীবু পুবক্লুন ইমফাল্ লোম্‌দ লাক্‌লে।(৫৪)

খুবাং লাংমৈরোম্বন মপা মপুগি ঈরাং থৌনি তৌব পুক্লিঙ্ নুংসিব মফম্‌বু হেন্দোক্‌লগ খেন্‌তাও পুঙ্ হায়ব বা হওব মফম্‌বু য়েৎবোইনব হুইদ্রাওবী, বাং থোল্‌বী, তাক্‌য়েল্, নুংথেলবু বোইদ থম্লগ, খুমম্ম কোন্‌ব লম্, সায়ান্‌গি মখা, খুবাই তাব লম্বীদ লাক্‌লে। ইবেম্ম লাইবয়মগি মনাও নুপী সনা লোক্‌লাং লয়মগি লম্‌বু হেন্দোক্‌লগ খুবাইগি তাখোম্ থোং, সেল্‌তোল্ পল্, লয়ঙাং হা, বাঙ্গোল্ লও, নুপীন বা পুব লম্বী, নুপান চিঙ্ কানব লম্বী, ময়াংন সগোল লয়ব-য়োন্‌ব তৌব মফম্, অসিবন চিঙ্ কানব লম্বী, অসিবন লান্‌ব তুরেল্, তাখোম্ থোং সম্‌দুন, কইথেল্ হেন্দোক্লুন, কোন্রোই লয়ম্‌গি লাইকোল্ য়ৌরগ মমাই নোংপোক্ পাংন লৈব কেক্রু পাৎ, সল্ কংপ মফম্, অরুম্ব লাইফম্‌বু

লাইনামুংবুদি ফৈন সম্, তাঙ্জব মবমখই, মবম্ অচল্ববু, মাম্লেম্ মেনু থোংবুদি ঙমলোল্ন,পাওতাক্ হিদেন্ ঙম্থঙ্ন, তুবী য়েক্লা পাং খাব নোংচেং থক্পু নাতেননদি বাইথুংলবদ নোংদা লাইবেল্ লয়নুং লোন্জা অরিব, লাইরেল্ চিঙ্য়া ফৈথিংবনসুঙ্ পাওমেল্ ঙমুয়ে।(৫৫) ইয়ু কৌব অঙাঙ্ঙাবো নরাল্ নঙন লম্লেল্ সনা পুঙ্ অসিবু ইন্দাল্ লক্ঙইদ তুবী অয়নদি মইন কোল্নদি থৌখাম্লে। সাবল্ লম্তাক্প, কোংলও লময়েংবেবু চয়বৎলবগি কংলয় মদাইম তোক্ফম্ লম্নামুং অসিবু খোইয়িম্ নকাইফম্বু বোইনরো, লাইবেল ননোংয়ায় অয়গ সাবল্ লাইথোঙ্ সীন্বদসুঙ্ সীল্মন, কংলা পবিং লাইবা তম্বসুঙ্ তম্মনসে হায়ন থৌজাল্ মায়যোক্নবী ঙমুযে হায়দববা। (৫৬) খোইয়িম্ কৌববেল্ অঙাঙ্ঙান তুবী কোন্লোই ময়াথংবু না তারবগি উন্বী পুক্নিঙ্ হবাউ খোইনদি পাওমেন্খিয়ে। ইপাবী খোইনাই অহল্বরো ইবাল্ ইখোয়গি লোল্য়িম্ য়ুম্দাং সাংবু তাওখঙলসে। নবাল্ থৌচৎলুরো হায়ন পাওমেল্ খোল্গি লম্লেল্ মদাইম লম্লেল্ কৌব ঈ মরু তুবেল্ লোক্চা মংচা ঈ, কৌব ইচিঙ্ লেল্দগি তল্লা উনিংথৌ নাচুম্ব, পামেল্ তাইমরেং নারোঙ্ব, তল্লা মোইবেং অচুম্ খন্, পামেল্ সয়ি মযখাঙ্ব, থাংজি নাবোঙ্ব, উথাংথোং, তল্মু, তল্হাউ, ফৈজা, ফৈঙৌ, মিসি থাঙ্য়ান্, উ খোক্, থাঙ্থোং, উয়িন্, খাল্, লিল্ফোপ্ সাকন্ মসিঙ্ সুন পামেল্ উ থওরুরো হাযনদি পাওমেল্ খোল্গি মপাবী খোইনাই অহল্বন চিংনদি তল্লা হোইয়ান্গে হাযবগি

---

সম্লগ মীযাম্ন লৈব মফম্, মেনু থোং, পাওতাক্ হিদেন্, যেক্লা পাং, খাব নোংজেংবগি লমদ থুংলবদ নোংদা লাইবেল্ পাখবে, লয়নুং লোন্জা অরিব লয়বাক্কি মপুন হায়বকুয়ে।(৫৫) নিংথৌ কৌব অঙাঙ্ঙা নঙন নয়ুম্ হোংবদ লম্ অসিদ লাক্ঙৈদ নিংথৌ অয়নদি নুংসিন খাম্বনি। লম্ তাক্প, লম্ য়েংব খামদুন কংলইগি লম্, মীরোইবগি পোক্ফম্ রোইব লাইগি লম্ অসিদ নরম্ রোইবো। নঙসু অয়গ লয়বাক্ ঙাক্পসু ঙাক্মিন্নসি, বায়েন্ তৌবসু তৌমিন্নসি হায়জব নত্তবা।(৫৬) কৌবরেল্ অঙাঙ্ঙান মযতৈ নিংথৌগি বা তাবদ থবাই হবাউন হায়জখিয়ে। ইপাগি ইবুংঙো খোইনাই অহল্ব অয়খোয়গি লম্, অসেংব য়ুম্ খঙ্লসি নথৌ তৌরো হায়বদগি অথোইব লম্ কৌব্রু, তুরেল্গি ঈসিং পুন্নমক্কি মরু, অয়খোয়গি চিঙ্ কৌব্রুদগি উনিংথৌ নাচুম্ব, তাইবেল্ মনা লোংব, উ অচুম্ব খন্ন, ময়ন চাক্পদ খাঙ্ব সয়ি, মনা লোঙ্ব থাঙ্জি, উ থাংথৌ, তোল্মু, তোল্হাউ, উ ফৈজা, ফৈজা অঙৌব, থাঙ্ চংদব উ মিসি, খোক্, উয়িল্, খাল্, লিল্ফোপ্

তরানি চেঙ্জেল্ তাল্, নোইনু থুম্চেল্ লাঙ্, লেম্লই ঙাচেল্ তাল্নদি মবাল্ থৌচৎখিয়ে। কৌব মচিঙ্লেন্বু য়ৌববদ তল্লা অঙ্নব,পামেল্ অরেম্বসিংবু সিঙ্জঙ্ লইতোই চল্ন, পামেল্ উবাই তুপ্, পামেল্ উরু তুপ্, তল্লা উতোল্ সম্ন পামেল্ মসিঙ্ সুনদি হোয়য়াল্লবগ তল্লা অঙন্ব সিংবুদি কোঙ্য়াঙ্ লাইজ্জি লাক্,লোক্লও পাথুপ্ লোল্ন পামেল্ লেংফাই চল্নদি লাইজ ঈরোয়ননদি পামেল্ উ থারক্লে। (৫৭) লয়কু খম্থেংদ লয়বাই চুপ্থইদব, চযঙাক্ তোম্থিল্ ইম্নদি তোবই লম্সাং লিংলক্লে। কৌব মহিথেল্দ বাইথুংলবে। অদুসুঙ্ মদোম্দে। লম্লেল্ মদাইম হল্ফু পোক্পী ঈবোঙ্ থোং, নোংবাল্ নৌথোংজাম্ব খোংহোঙ্ বায়বু নাতৈনন নাগ ঈ মরুদগি চান ঈবাংয়ে। নোংবাল্ মসাবী লাঙ্গোল্ অহল্ব মচিঙ্লেল্দগি কোঙ্য়াঙ্ বাকম্য়ে। মুবা লোক্লেল্ কোল্ ঙাংচেং মম্বী লোক্তগি তল্লা সোইচেপ্প, পামেল্ সোইয়াঙ্ববু তল্লা উবাংলবগ উবেপ্ চাবা বোইন তল্লা অঙন্ব পামেল্ অরেম্ব মসেল্বু ইম্বী চাওবা বোই, চক্মোম্ব লী বোইন মোংব ইম্দাং সাবু ইম্মিঙ্ য়াম্বী তরেঙ্ অমন তৈন খিল্, ইম্মাঙ্ লাইখল্ খেন্চং মবোলে অম নাতে নাইন তাউখঙ্লে। তল্মু মসেল্ থাবোম্নন, তল্হাও মসেল্ নম্ঙানন তল্লা উচা নেৎন পামেল্ তাইমরেঙ্দি খোঙ্নেৎন, পামেল্ উনাম্ তাম্ব, খইবোয়

---

অকল্ব উ মসিঙ্ সুন উঙাম্ থাবক্উ হায়বদগি মচা নুপা খোইনাই অহল্বন চিংদুন উ য়ান্ব চৎকে হায়বগি নুমিং তরানিগি চেঙ্জেল্, চেঙ্ চাক্, ঙা লাঙ্দুন চৎখি। মসাগি চিঙ্ কৌরু য়ৌরবদ উ অচৌব, ফজ্জবসিং য়াম্দুন, উসিং মতুপ্ মতুপ্ কক্কুন, উ মতোল্ কক্কুন উ মসিঙ্ সুন য়াল্লগ, উ অচৌবসিং অদুবু বান খাবক্ লাক্কুন, পরেং সান থম্দুন, উ অমগ অমগ পুন্সিন্দুন ঈসিংদ উঙাম্ থারক্লে।(৫৭) তুরেল্ তোবয়গি অতোঙ্বদ থেংহন্দন, লয়রাইবু চয়ঙাক্ন থৈদোক্কুন চয়ঙাক্ন ইন্দুন তুরেল্ তুসাং লাম্লক্লে। কৌরু মখোয়গি হিদেল্দ থুংলরে। অদুনসু লোইদে। হল্ফু পোক্পি ঈরোঙ্ খোং য়ৌববদ অঙোম্ সলাইগি নৌখোংজাম্বন খোং হোঙ্ব মফম্গি নকল্দ লৈব নাগ তুরেল মরুদগি ই ফারে। ময়াম্ব অঙোম্ লাঙ্গোল্ অহল্বগি চিঙ্দগি বা য়ারে। মুবাগি লোক্, ঙাংচেং মম্বী লোক্তগি উ সোইচেপ্ সোয়ম্মাং যাত্রানচিংব উ অচৌবন য়ুম্বী উখোঙ্, চক্মোম্ব লী বোইদুন য়ুম্ মসিঙ য়াম্ব, য়ুম্ মনিঙ্ মমাঙ্ সানব, য়ুম্ মমাংদ মাঙ্গোল্ অম নাইন সারে। তোল্মুন মসেল্ অম, তোল্হাওন মসেন অম বোইন উ মথল্ থায়ন তাইরেম থুদাফম্ বোইদুন, উ অচুম্ব খইরোইন কাব ঙম্দব, য়োং মচান কাব ঙম্দবসিংন মথক্ত হাপ্তুন, খাঙ্জবু হাপ্তুন,

লুৱাওবন কাঙমদ, য়োংনাও সাথিবন তাল্ঙম্দব মসেল্বু লুদ কৎ, খাঙ্লবু মিতম্ হাপ্নে, পামেল্ ঊথাঙ্ থোংবু তৈন সেম্নে, তল্লা মপা চাব মসেল্বু ঊবা হম্দাং হম্বু ৱোইন, য়োংপী হুইগ থা, তেৎনৌ পরয় লযন, নাকা ইবাং চাল্নেদি ইম্ কুপ্নে, থাঙ্ঙা কাবেল্ অহম্ সুন তৌখঙ্লবগ কৌব লাথুপ্ চিঙ্গি পামেল্ ৱাংলেল্ ৱাংনু ৱাংনেম্থক্ তল্লান উ কারোং পুন, সিঙ্জঙ্ লইতোই চল্, পামেল্ ঊরাই তুপ্নে হোয়য়ান্‌ববু পামেল্ উনাম্ তাম্বদি থেংকোই লোই, তল্লা লোংন তাবদি যোয়য়োক্নন ঊনৌ খোঙ্চা সম্, অওরি লীয়ায় নোপ্ নোপ্নে, খোংফাং তরেৎ থেৎন, তল্লা ঊথাল্ চেপ্নে, কোঙ্য়াঙ্ ঊবাও চয়বু সম্ খূৎন পায়ন, পামেল্ মিংথা লাওনদী তল্লা হোইসোন্লক্লে। (৫৮)

অৱাং কৌব মপু নিংথৌচাদি মবাল্ মোংব য়ুম্বু ৱাইথুংলে। তল্লা ঊমায় কোৎ, ফেন্‌তিল্ নাক্লও থিল্নদি পামেল্ ঊসা লোইববগ তাওজিঙ্ হয়মিংয়াম্গ, হাওমল্ পাক্ন থায়বগ, তাইরেল্ নারোংবীচা মসুং তম্ন নাহাইনবে। থিঙ্লও ৱোক্ য়াতাঙ্কক্ অম ইম্দ থম্লবগ, পামেল্ ঊবোঙ্বু মোংব সন্দাং খাদ থাংখৎলে। মোইবীদি কুন্থ্রামাথোই, খোযয়া তরামঙাবু ইম্চিন্ চগো নাবেং থোংনদি হেন্মোইনবে হায়দবরা। হুয়েল্ লাল্নিগিদি লোইবী মবওবেঙ্গি লেল্খোঙ্ হেন্‌ববু খাবা লযসা সান সাযে। সিঙ্লেল্ খোইখন্ব, লম্বাল্ খোইকং পাল্, চাক্থা মাল্তা চা, লাল্সু মিৎনামুং, অতোল্ খোযবী সুম্ববু চৎলম্ ফাল্সাং

---

ঊথাংথৌন থোঙ্বু ৱোইদুন, মপা মপা চাব উ মথৈবু ঊবা হম্দাং ৱোইদুন, য়োংপী থাদুন, য়োৎন ফাদুন, নাগগি ইন কুপ্তুন কা অচৌব অহম্ সুন সারে। কৌব্রগি লাথুপ্, চিঙ্দগি উ ৱাংলেল্, ৱাংনু ৱাং নেম্থক্ কারোং নাইব ঊবু সিঙ্জঙ্ন সাদুন, উ কক্লুন সেম্বদ উ ময়য় মপোপ্ ফম্বন লোয় ৱোইন, অচুম্ব ঊন ঊসম্ ৱোইদুন. তৌনিঙ্ব মৱোঙ্দ তৌনব, ঊগি মমিং থোন্দুন উ সাবে।(৫৮)

কৌব্র নিংথৌগি মচাদি মাগি ময়ুম্দ থুংলবে। ঊগি চগো নাৱেং সেম্দুন, উ চুম্ব-সাব লোইরবদ, য়ুম্গি য়ুম্লাইথোক্ সেম্ব লোইরবদ, হয়মাংগ সিঙ্ মপাক্ অথায়বগ, তাইরেল মনা অৱোংবীগন সেংদোক্লে। য়ুম্সেং নাইহাইরে। ৱোক্তি মসক্ ৱোইব উকক্ অমন য়ুম্দ থম্লে। উ কারোং অমন য়ুম্গি সন্দংখাদ থম্লে। য়ুম্গি লোয় (ঊখোঙ) কুন্থ্রামাথোই, মরুৱোইব ঊখোঙ্ তবাম্ঙাবু চগো নাৱেং পুম্ন সেম্লে। চিঙ্গি লওবুক্তগি মখোঙ্ন থারাগি থাক্ সারে। লৈ ফজব, থোইন পাম্ব, মিথুব লৈন মিৎয়েংফম্দ থম্লে। সোংতেক্ চিঙ্গি

ন্যাইয়ে। সোংতেক্ চিঙ্ নিংথৌ, হুয়েল্ থোঙ্কম্পুগ, সেকমু মপাক্কি চিঙ্বা লৈরোং কানাল্ লাল্লুপুগ, সল্ফু নিংথৌ থোইকুপ্ পুগ মোইমিৎ লয়চুনয়ে। তুবী কোইয়েক্ তম্, লাইবেল্ য়াঙ্ঈ সোল্ববু তম্নদি থাঙ্ঙা ইম্লাই থিংন, খুন্বী নোংলইসংন তিল্লাই থিংন, লৈখাম্ তারই য়াম্নদি হেন্মোইনয়ে। লয়সন্ মরয়মবী হল্নু মাপ্লে কাবী, চইরই ফিবাল্ খল্বী, সমচুম্ তোল্বী লোম্বীগ, অতোল্ নোংয়ায় খুম্ল বাইর অথৌবগ লাল্লুম্ খোন্লোই নিক্ক, কংলয় মসুমাঙ্ তিঙ্ঙী মাঙ্সোক্ লমদ উহক্ সেংগম্ সা, উই পাওতোং লোল্ন, থোল্খম্ মনা লাক্, য়ুতিং মতাং তোইথ লাম্থন, থাঙ্বায় লীপুল্সি কজেং লীয়া থৌ, খুবোয় লীতাং সাংবু লীবেল্ পাগ ফান্ন নাকথ কোল্যাল্ নাইনদি হাওবীখু হাওবী হল্বু সায়বু সেল্তোপ্নয়ে। তবেৎ সেল্বু য়াল্ন, তাংখুল্ অমেল্ সম্যোক্চাবু কৌব মসুমাঙ্দ অহোঙ্ মীয়াল্নয়ে। হায়দবরা। অসুন্ন কংলয পুঙ্মযোন্দ অহোঙ্ তাল্ফংনরে হায়দবরা। (৫৯) মোইবীদি মোইবী অহম্ থোই, থোইযাদি থোইয়া তরামঙা থোইয়াল্রো। থোইয়া সিংরো। মোইবী বালরো। মোইবী সিংরো। সরেঙ্ সুপ্থোইবী, সবেঙ্ সোইথোইবীন কাবাং তাইয়ে। কাসা মচেৎমন মোইবাং লয়সা লাৎলে। কেগে পুম্নমন হওন উতোম্ উফাং লাৎলে। হাযদবরা। অদুসুঙ্ মদোম্দে। মোইবাং লাইবুঙ্থৌ মাপলম, লয়কাচেংগ নোংতাই লেল্গ, বাল্মুবীগ,

---

নিংথৌ লান্দ থৌবগ, সেকমুগি লৈরোং কানাল্ লাল্লুপুগ, সলফু নিংথৌ থোইকুপ্ পুগ য়ুম্গি লৈতেং বোইরে। পাখংবগি ময়েক্ক লৈরোং বোইদুন, লাইরেল্ মথেক্ য়েক্নুন য়ুম্গি তিন্মু লাইমু থিংদুন, নোংলৈসংন য়ুম্লাই থোক্কি ফক্তব থিংদুন, লৈখাম্ পরেং সান য়ুম্দ য়াম্লে। লয়সন্ কাঙ্বুগি হনুবীন, ফিজেৎ লৈতেংবী, সম্ সেম্বী, সম্দেংবীগ, খুম্নগি অথৌবগ লাল্থোঙ্ সিন্ন, কোনুং ঙাক্নুন, থোঙ্ পুন্নমক্ ঙাক্ন, অসোই অঙাম্ সেন্ন, তুং কোইন অফন্ব বোইনব য়েংদুন, পুন্সি নুংসানেব, মপা মপুগি বাবু সিঙ্থানন, অহল্ নহা পুন্নমক্পু থৌজান্নয়ে। মেন্বুঙ্ য়ান্ন, তাংখুল্ মচা অমেল সম্যোক্চাবু সুমাংদ থম্মে। অসুন্ন মাগি লমদ নুংঙাইন লৈরে।(৫৯) নুংঙাইবগি মথক্ত সরুক্ অহম্ থোইন নুংঙাইন, *লয়কাই তরামঙাগি মপু বোইদুন, নুংঙাইবগি মথক্ত হেন্ন নুংঙাইব বোইন*, অবাৎপ লৈতন, সরেং অচৌবন কারাংবু লম্ তাইবে। মোইবাং মচেৎ অমন মোইবাং লাই লাৎলে। কেগে পুন্নমক্ হওন উ হোঙ্লে। অদুনসু লোইহ্রি। মোইবাংগি লাইবুঙ্থৌ মাপলমক্, লাইকাচেং (লাইফা চেং), নোংদারেল্, বাল্মুবী, বান্কংবী, মকুলোল্, নুঙ্চোংব, ঈপুল্লেল্,

বান্‌কংবীগ, মকু লোন্‌গ, মুঙ্‌চোংবগ, ঈপুল্ লেল্‌গ, য়ুতাই লেল্‌গ, থংজিঙ্ কোইরেল্ লাইগ খোইয়িম্ লাই খৈবিক্‌পু কোরও লল্‌সা বাগি চিঙ্‌ছু মরল্‌কু, খোইয়িম্ মথৌজিন্ন ইংখোল্ থিংবগুন্ন সেম্বীব পুঙ্, মাপ্রেম্ পাংসোয় নিক্তন, তেৎনৌ চিদাই নাইদন, সোয়খোঙ্ কাবল্ উদন, মাপ্রেম্ লয়মুত্ত, কোঙ্‌য়াঙ্ উবোং সংত, ঙম্‌খৈ কনান তান্‌সিল্ নাইদন পান্নে হায়দববা। মোইবাং থাঙ্‌ঙা মরৈকাই খুন্‌চেং মাপল্‌মসুঙ্ খুন্‌থক্ মনিল্ নাই, খুন্‌কা মরাঙ্ হওনদি হিখা চৎলম্ ফান্‌সাং মলি নাইন, উরাই চিঙ্‌খু মনিল্ নাই, য়ুম্‌খু পোংলেল্ মবাঙ্ হওববন চাবোক্ কাতং সীনন, নাওদু খোংফাং লিংন ইমিংলোলন কৌবসুঙ্ ইমাঙ্ বাংলেল্ পুঙ্‌বু য়য়দন, ইম্‌মাঙ্ লোলন কৌরবসুঙ্ ইম্‌মিং বাংলেল্ পুঙ্‌বু য়য়দন, অতাইন কৌববসুঙ্ অরাইন তাদ, অরাইন কৌববসুঙ্ অতাইন খুম্‌দন কেগে চিৎবো চিৎন ঙম্‌দন, মোইবাং চাইবো চাইন ঙম্‌দ, কেগে চাইবো চাইন ঙম্‌দন লোক্তাক্ খারা সা, খাবা তওদোল্ থক্ত খাম্বী মথ লাল্‌ন, খাবা চিংথোক্‌ন মঙাল্ নাইনদি পান্‌ফরে। কইথেল্ হম্‌বাল্ কান, চেঙ্‌কই মাপল্ খিল্‌ন, সবেল্ থম্‌চেৎ হয়মাই চোল্‌গুম্‌নন চুন্‌রে হাযদববা (৬০)

অসাইঙইগি খোইযিম্ কৌববেল্ অঙাঙ্‌ঙাদি কেগে বোক্‌নবেল, মোইরাং থংনরেল্‌গি থিঙ্‌লও নিঙ্ন তেবক্‌লবদ, লম্‌লেল্ মদাইম হাওব সিফেল্ লাং চিঙ্,

---

য়ুতাইরেল্, থাঙ্‌জিঙ্ কোইরেল্ লাই হায়রিব লাই খিবিক্ অদুবু ঈবাৎ থৌনিজবদগি লাইন থৌজান্‌বীদুন ইংখোল্ থিংবীগুম্‌ন থিংবিবব মফম্, লয়বাক্ত অসোয় অঙাম্ য়াওদব, সিম বাৎলি হায়ব লৈতন, অসোইব হায়ব অদু উদন, লয়বাক্কী সরুক মাঙ্‌দন, মীন লয়বাক্ লওসিন্‌খিব লৈতন, লম্‌গি ঙমখৈদ মী তাসিন্নকপ ঙম্‌দন পান্নে। মোইবাংগি লয়কাই মাপল্ মক্‌সু খুন্‌থক্ খুন্‌খা নুংঙাই য়াইফন, হবাউ তয়ান্ন, য়ুম্ খুদিংমক্ মরাঙ্ হউন, চাদা নাওদাদুন, মচা মসু মথং মথং য়ুম্ লিংদুন, মনিঙ্‌লোম্‌দগি কৌরবসু মমাংলোম্‌দ তাদব, মমাংলোম্‌দগি কৌরবসু মনীঙ্‌লোম্‌ন তাদন, মনাইন কৌরবসু মসল্‌ন তাদব, মমল্‌ন কৌববসু মনাইন খুম্‌দব, কেগে মচেৎ তাব ঙমদ, মোইবাং কাইব ঙম্‌দন, মী য়ান্ন লৈদুন, মীগি মথক্ত ময় পীনদুন, মী মথং মথং সম্পোক্‌ন লয়বাক্ চাওন পান্নে। কইথেল্ মতম্ অহমলক কাদুন, চেঙগি কই মাপল্ লিঙ্‌দুন থম্‌চেৎ মমাইগুম্ন মী য়াম্‌লে মী য়ান্ন লৈরে।(৬০)

নিংথৌ কৌবরেল্ অঙাঙ্‌ঙাদি কেগেগি বোক্করেল্, মোইরাংগি থংনরেল্‌গি

মকোই নোংলোল্ পাই, ফাইবী তেবা থাঙ্‌ভুপ পোক্, সেল্‌য়াল্ পুঙ্‌দ কৌব য়ারেক্‌লবদ নিঙ্‌খম্ খিয়ে। অবাং কৌব হচিঙ্‌লেন্দি তেক্‌পী থোইয়া ময়য় কাঙ্‌দ, থোইয়া মনা হুম্‌দন সল্‌থৌ য়াংবন মিৎযেংনদ, অথিদি অথি নঙ্‌ন তেবীয়ো। অথি লাইব অরাইদি অরাইন তেম্, নোংনিঙ্ সাংন তেম্বীববগ সুপক্ সোইকুবীবে। মমী মনাই য়াম্, ফুঙ্‌গা মবা য়াম্, মহুই ময়েন্ য়াম্ববু য়াওবা লাইন ফাওদে। য়াবা কোলথাং লাই, থিক্‌তও থাদও লাই, লোক্‌লাং তিল্‌লাং লাই, অবোক্ অচৎ লাইন ফাওবীদববগি মহয় মরোং পাল্, মফৌ মঙা পাল্‌ববু তৈন সেম্বীরবগি ইম্‌খু মরাঙ্ হও, য়ুম্‌লেল্ মনিল্ নাইবে। অতেন কৌববসুঙ্ অরাইন খুম্‌দ, অরাইন কৌরবসুঙ্ অতেন খুম্‌দ, ইমিঙ ইমাঙ্ পুঙ্ য়য়দন চিঙ্‌বু নোংবু সাং, নুংসাং পুন্‌সি চাহয় চা, নিংথৌ কুন্‌দিল্ ফাংব, অবাং কৌব উরেল্ চইব, সোঙ্‌লেল্ লাল্‌থব, লিক্‌লা উল্‌কোই চিঙ্‌দদি বাঙ্‌নব কৌব চিঙ্‌মঙন্দদি বাতেম্ব লাইয়িংথৌগি চিঙ্‌ঙু মতে হৈ, খোইয়িম্ মসাল্ বোন্‌বু য়াইখঙ্ নসানম্ বোনথোক্‌প, তাঙ্‌দ সনা মঙে থোম্‌বু সৈবোন্‌ব,পাথাঙ্ য়ওরাই মেলবু বোন্‌থোক্‌প মঙ্‌ন থাঙ্‌থাব,মচু তোংচেং খম্‌লাই নোংলাংপবু পুমুন থাঙ্‌দব ঈগুম্ খোইমোম্ মনোংয়াই সনা ঈ মদগি হুইথরক্‌প কৌব মনিংথৌ থোম্‌কারি নেংথখিয়ে।

---

হন্নক্‌পদ, খুমন্ন খুন্দাব চিঙ্, মথক্ত কৈচিন্ন কুম্ন, ফাইবী তেরা থাঙ্‌তুপ্ পোক্, সেন্‌বুঙ্ য়ান্‌ব মফম্‌দ অহিং লেক্‌পদ খন্‌খিয়ে। অয়গি চিঙ্ কৌব্রুদি বোক্‌ন চঙ্‌দে, লম্ হেন্‌ব সন্‌থৌ অয়াঙ্‌বন হম্ন য়েংদে, খুদোং থীবদি নোংদম্ব নঙ্‌ন তাইসিন্‌বীয়ো। খুদোং থীববু কোক্‌পীব ভম্ব লাইন কোক্‌পীবো। পুন্‌সিব পীবীদুন অসোয় অঙাম্ ভাক্‌পীয়ো। ইনাই ইসন য়াম্ব, চাদা নাওদা য়াম্ন লাঙ্‌ব, হুয় য়েন্ য়াম্ববু লাইচৎন চংদে। লাইচৎকি লাই, পুক্কি লাই লোক্ থুবেগি লাই, লম্বী লম্‌থাংগি লাইন চংবীদরবগি মহয়-মরোঙ পান্‌ব, চেঙ্-চাক্ হোঙ্‌ব পীনরবগি য়ুম্ খুদিংমক্ হবাউ হরাউন, নুংঙাই য়াইফন পান্নে। মনিঙ্ মমাঙ কৌব তানদন, মনিঙ্ মমাঙ পুঙ্ য়য়দুন পুন্‌সি নোংসোংন, পুন্‌সি মহয় চান, নিংথৌ কুম্ন তিন্‌বগি নিংথৌ, অবাং কৌব উরেল্ চয়ব, অসোঙ্‌ব মফম্‌দ লাল্ তাব, উম্ন কুম্ন অবাবে চিঙ্‌দ নিংথৌ বোইবগি অথুম্ন বা, ইবুংঙো মাগি বোইনিঙ্‌বত বোইব তৌব ভম্ব লাইনিঙ্‌থৌন মাগি অনিঙ্‌ব মতুং ইন্ন সাইরোন্ মথং মথং লাংবোন্‌বীদুন মপা মপুগি মতিক্‌পু খঙ্‌জনব তোঙান্ তোঙান্‌ব মিংথোন্‌দুন ইবুংঙো মান ঈ মরী সোয়নদন ঈ মরী অমদগি সম্‌থরক্‌প কৌব্রুগি নিংথৌন চাদা নাওদা সম্‌থখিয়ে।

সূবী সম্থবক্‌পদি পীবা হাউসি ঙম্‌গ চিংব পণ্ডিত খোইমোম্ লাইবু নিঙ্বু সিংগি হয়না মতুং ইন্‌, সনা মমই বাযনদি, মুক্‌স নাবিল্ সোন্‌জবক্‌প শ্রীমসিত্রাম্ উন্‌বী পুক্‌নিঙ্ তগ্ন, পাইম সিল্‌হে রোম্বগি সেবোক্ মপাবী শ্রীঅমবাব ধনন্‌জোয পাইম সিলহে রোম্ব লম্‌লোই থাম চাম্‌দরব, মুলাখা মহওসাবু বোইবন, কেগে পাবাবীবু মোইরাং ঙাংঙোই পুবারীবুসুঙ তমূন হাউরম্ থুঙ্‌য়াম্ লমদৌ মুত্তনব সিনজবম্মে।

---

মসু মরীগি পীবা, লয়বাক্কি ফম্‌নাইবন, লাইনিঙ্‌ব পণ্ডিতসিংগি মতুং ইন্‌জদুন লাইবিক্ ইজরক্‌প শ্রীমসিত্রাম, পুক্‌চেল্ তগ্ন, হৈথোই সিংথোইজদব, মীকোক্ থোংজদ্রিব, ঙবাংদগি ঙাখাগি মহৌসা বোইবন কেগেগি মপা মপুগি বারী, মোইবাং নিংথৌসিংগি মপা মপুগি বাবীবু সৈথাদুন মখোয়ন হওরক্‌পগি পবিং মুত্তনব সিন্‌জবনে।

লোইরব



**অয়িবন ফোঙলব লাইরিকসিং**

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | খোংচোম্‌নুপী নোংকোরোল্ | — | ১৯৬৫, ১৯৯৫ |
| ২। | লোংবোন্ | — | ১৯৮১ |
| ৩। | লৈরোল্ তেঙ্‌থা | — | ১৯৯৬ |
| ৪। | কৌবরেল্ খুন্‌থুম্ | — | ১৯৯৬ |